# কর্ণগী মমা

অমসুং

# কর্ণগী অরোইবা য়াহিপ

নিংঙোম্বম ইবোবী সিংহ

# ৱাঙাও য়ানবা

শ্রীনিংথৌজম ইবোবী সিংহনা ইবা 'কর্ণগী মমা অমসুং কর্ণগী অরোইবা য়াহিপ' কৌবা আকাশবানীদা শাম্নহনা শন্দোকপ্রবা নাটক অদুনা ছাপা নম্বা লাইরীক অমা ওইরকপসি পাংনা য়াম্না নুংঙাইরে। খোঙৈনা লাইরীক অসিদা উৎলি পোংলম অনী — অমনা পুন্সিগী খোৱাংনা ঙাইজরক্লবা মমাবু ফংবা, অহুগা অমনা মমা ফংজমল ওইনা লান্দা মায়থীহনা থৱাই থাবা। মসি থোক্লবা শাম্লবনা জগৎ-নায়ক শ্রীকৃষ্ণ। জীব খুদিংমক্কী নোংদম্বা ওইরিবা মহাক্না শাম্লকপা মতুং ইন্না কর্ণ মমাগী মফমদ পাণ্ডবশিং বা থমজরম্বা খুংলাই কংচৈ, অহুদগী হেন্দোকুনা খুংলাই শীজিন্নবদা নুংঙাইহন্দ বা খুদোম্বী নিরকপদা ইনায় লায়না মাতৃপ্রেম্না চিংহনা মমাদা কথি। ঙাইবং মপু মহাক্কী থৌরাং মতুং ইন্না পানহৈবা কর্ণ অথোবা মাগী লৈজবা নিবিক শীথোকপদা তালেংখিদে।

পাম্লিবসিনা তাকপদি কর্ণগী মমা নুংশিবগীদমক থৱাই থাদোকপা হৌরবনী। 'নিমিত্ত ঙাইবগীদমক লাল ঙাইরম্বতনী। মরমসিনা কর্ণ লানফমদ' অর্জ্জুনগী খুৎতা থৱাই মাঙলবম্ব কর্ণবীর তায়ব মিংথোম্নি অহুম লেঙখিদে।

নাট্যকারনা নাটক অসিদা উৎলিবা বস্তুবু হৌবদগী লোইব-ফাওবা পুখংহনকপদা মাগী খোঙৈ ফজনা নিংথিনা শূবা

হৈরিবসিগী পাদম-য়াতৈ চপচানা ঐহাক পুথোকফম খঙদ্রে। চরিত্রশিংগী য়ারাং-শংলাংদ। অথোই-অহেন য়াওদবমথৈ উৎপদি নাট্যকার অসিগী হায়নজাই-লৈতবা মওংগী মগুন্নী।

মীৎ উদবদগী দশা তারবা শ্রীনিংথৌজম ইবোবী সিংহবু হৌজিক মণিপুরগী মিল্টন্ হায়না মিংথোন্নীঙঙী। মাগী খোটৈজেংদি পোথানিঙদে। পোথাদসনু হায়না পুন্নমক্কী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াদা হন্না কন্না ঐস্থ খুরুমজরি। ইতি

শীতলজিৎ

তাং ৪।৮।৮১ ইং

# অইবনা হায়জবা

অম্মম অঙান নাইবা পৃথিবীগী অর নুংঙাইগী পুন্সিসিদা রাখলগী শায়োল খরদি হেক হেক লাকই মীওইবগী মরক্তা লৈরকবনা, চাওরকখিবনা থাদোকনবা য়াদবা পুন্সিগী থৌয়ামশিং মরক্তা। মশক মচু হেন্না হেন্না শেংলকপগুম তৌই শেংলকই মখোয়শিং'সে হাকথেংনরগা, পুন্সিগী থোইনা হেনবা মহাও অমা লাকপগুমন্সু ফাওই। থম্মোইসিদা। পুন্সি লমশাংশিংদা থেংনরক-লিবা মপুং ফাখিদ্রবা মতেক মতেক রাফমশিং থম্মোইনুংদা তুংহনা লৈখিবশিং—শারেপ ফারকপগুম তৌরকই অমম্বগী মরুমদা মপান-থোংগী অঙানবগী রাংমদা॥ থম্মোইনুংদা নুং-পান অনিগী রাখল লোলদা চাংদম্নরুই অথোই অহেন । ইথন্তগী মঙলাম্দা নুংঙাই-জবনি—পোথাজবনি অহুবু নুংগী থম্মোইতনা য়েংজে কপচৈ, নোকচৈ, ঙকচৈ। পুন্সগী লেপ্পা নাইদ্রবা শকলোনশিংসিদা ইথন্তনা য়েংজবগী পেনজবা পোকলকতরে রাখল লিংলবা মীওইবা মীয়াম সমাজগা য়েংমিন্ননিংঙকই, তান্ননিংঙকই, খন্ননিংঙকই পুন্সিগী থৌশিং, অরা নুংঙাই, অফ-ফত্ত। রাখলসিদ'ন অইবনা থুং থানিংজরুরিবা, থাজন্নিবসিমক মফমসিদা॥

ইংশোক ১৯৭৫ ইংগী ওক্তোবর থাদগী ঐগী উবা চম্বগী শক্তি মাংপ্রে, অরোংপা অমনা লোংপিপ্রে ইবা পাব চম্বগী পাজল য়াওদনা অমম্বদা ফিরারবগুম থাংখি, হিংবগী থোগাইশিং

মরকা ; পুন্সিসিদা শাথিনা মাইথিরবগুম, কাওনথি হৈনদবা পুন্সিমরেলহুদা মতম শরদি অহবু কুইশিদে পুমহিক হিকথখিব পুন্সিদি নক্রিবোই নোংনোংব পাঙ্গল থৌন তপ্না তপ্না তেংবান মপুনা পিনাবরে হৈনবা মরেল ওইরে॥ লেংপৌ থুম্নবা রাখল ইরোম্রংদা লুপথঙরগম্ম নুংঙাইজবা ফাওরে নুংগী থম্মোইগা তাইনজবগা থোইনা পেনজরে॥ কলম পাইজ নংঙকেই পাঙ্গলগী রাংমদা লৈগ্রবদা মাগী মতেং লৌদবা য়ারকতে, লৌকই সাহিত্যবু পামজবা সাক্তিং প্রেমীশিংদগী, থম্মোয়নম্মু হরাও হরাও! হিরাক্লরবদা শাদোন অমনা হংনিংবগী আশাপিবগুম মতেং পিবিহুনা ঐগী অরাবা পোৎলুম পুম্নম্মু হক্লহ বী

ফোংদোকচরিবা লাইরিকসিমক্কী অহানবা লিলা "কর্ণগী মমা" ঐগী ইচা য়াইমা শ্রীনংঙোম্বম কেরাম ন সিংহনা কলম পাইবিবনি। "কর্ণগী অরোইব য়াইহিপ" মিংথোল্লিবা লিলা অসিমক্কী কলম পাইবিখিবশিংনা মথংশিংনা শ্রীযুক্ত সনসম গোপাল সিংহ অমদি শ্রীমতি ডঃ গুনবতী দেবী অননা মথোয়গী চাওরবা মতেং অসি নত্তনা ঐগী করিম্মু শক্তি লৈতে, ইমিৎসিনা। লম্বাসিদা মথোয়দি ঐবু শমহুনা পুবিবা, মথোয়দা ঐগী তৌবিমল থংবা উৎচরি।

মীয়াম মাংদা পুথোকচরিবা লিলা অনিমক ওল ইণ্ডিয়া রেডিও ইম্ফালগী ড্রামা সেক্সনগী প্রডুসর শ্রীযুক্ত শগোলশেম ইন্দ্রকুমার সিংহগী মংয়েং মথাদা রেডিওগী থোংদা শন্দোকপিহুনা

অতাবশিংগী মফমদা ঐগী নিংজরিবশিংবু অহানবা ওইনা য়েংহন-বিখি। লিলাগী পার্ট লৌবিখিব ইবুংঙো ইবেম্মশিংনস্থ থরাই য়াওনা শান্নবি,না লনা ইনিংবগী ময়াই অমা ঐঙোন্দা থোংনা হেন্না কাহনবিখি। মসিমক্তা কাওহম্নরোই পুন্সিগা হেন্না নকশিন্নবা মরি অম শেমগ্রবনি।

ইন্নুনা লৈরবা অংমা মচা অনিসি কুইনা কোংদোকচবা হুমদনা লৈরুরে পোখাকম খংদে কোংদোকনিংবগী অপাম রাখলদা। অরাবসি ঙসিদি কোকহনবিরে "ইণ্ডষ্ট্রিয়েল বেঙ্ককী মেনেজর শ্রীঙাংবম নারায়ন সিংহন॥ ইকাইখুম্নজরবা ইবুংঙোনা লাইরিক অসি নম্বগী অচংবা শেলকম পুম্নমক শেঙ্খং ওইনা পিবিরে। শ্রীমতি পাংঙম্বম নিরমালা দেবী বেঙ্ক অসিগী ইমপ্লোয়ীনস্থ লুপা ৫০/ ( য়াংখৈ ) থোইনা চানবীগা লোইননা পাংবিন্নুনা লাইরিক অসি পুথোকপা ঙমজরে॥ তেংবাংবিরিবা অসি নংলম-ন্নবদি লাইরিক অসি পুথোকপা ঙমজরমলোই। লমন অসি পুন্সিগী শিংঙম্লোইদবা লমলনি ঐনা।

ছাপা নম্বগী মতাংদা ওরিয়েন্টেল প্রিন্টিং হোমগী প্রোপাইটর শ্রীযুক্ত অরিবম ব্রজমন শর্ম্মনা থরাই য়াওনা হোংনবিবা অমদি ঐগ্যানা পোকপা মচাইবুংঙো অহল শ্রীযুক্ত ব্রজকুমার শর্ম্মা,সেনিয়র লেকচরর ( ডি, এম, কলেজ ওফ সায়ন্স ) না প্রুফকী মতাংদা মিংয়েং চংবিবা, অরাবা লৌবিখিবসি, ঐবু থোইনা চানবিবা অমদি মুংশিবীবনি, কাওহম্নরোই পুন্সিগী লমন তোনসিনজরে॥

অরোইবদা লাইরিক অসি নম্বদ ছাপাগী অশোইবা কয়ামুক য়াওপ্রে। পাবিরিবশিংনা ঙাকপিগনি। খুদোং চাদবা খর কাক-খেংনখিবনা ময়েক শেংনা পুথোকচবা ঙমজখিদবগীদমক নুংঙাইতবা ফোংদোকচরি। মথংগী খুৎনমগী খুদোংচাবা ফংলগাদ চুমথোক-চনবা হোৎনজগনি।

ওক্রম লৈকাই, ইম্ফাল

আগষ্ট ২২, ১৯৮১ ইং

নিংথৌজম ইবোবী সিংহ

# লিক্লা অসিদা চেন্নবা নুংগী ইচেল

মহাভারতকী কু ক্ষেত্র লান হৌরমদাইদা কর্ণ অমস্তুং বুজিন মমা মচানি খঙনখি। পাণ্ডবগী মাইকৈনবা শ্রীকৃষ্ণনা কর্ণনগী খুৎলাই মঙা অমদি মখুদোল্সী নিথোকহন্দুনা কর্ণগী মপাঙ্গল শোঙহনবা শিনবা খুজিন থোরাং! মমা ওইবী কুন্তি, সমাজগী অকবঙনা নাওশোনহল্লবী, অয়ানবা অমত্থক মৈবু ফীনা কুপ্তুনা খমছরিবী মানা খাংহমজদনা। রাজবা অমদি সমাজদা তাইনফম খঙদনা তাইনত্তরুবা অমদি মশানা খঙহদনা পাংথোকলুবা তমথরবা থৌ অমথক্কী অনুতাপ্ত রাজদগী অৱা মীকপ্পা নুপাজা ওইবী চন্দ্ররাশিংদা চেনবা পাউজেলনি। কর্ণগী থাদোকপা ওস্বা অমদি পুক্নবু মশক তাকুবা হোংনবদা থেঙনখিবা পুক্নিগী ৱারীনি।

---

## কর্ণগী মমা

### চংগদবা মীকোক অমস্থং শরুক য়াবিখিবশিং

নিপাগী শরুম

১। কৃষ্ণ— খাইদেম দেবেন সিংহ

২। কর্ণ— ওইনাম বীরমঙ্গোল সিংহ

৩। কৃপাচার্য্য অমদি সূর্যদেবতাগী অতেনবা খোঞ্জেল—
শোরেনসংবম নবকান্ত সিংহ, অমুবা সিংহ

নুপীগী শরুম

১। কুন্তি - গুরুমযুম ওংবী ইবেয়াইমা দেবী

২। পদ্মা - শ্রীমতি ইবেমহল দেবী

### কর্ণগা অরোইবা য়াহিপ

নিপাগী শরুম

১। কর্ণ - ওইনাম বীরমঙ্গোল সিংহ

২। যুধিষ্ঠির—কাংজবম বিরবাবু সিংহ

৩। কৃষ্ণ— লৌরেম্বম শান্তিকিশোর সিংহ

৪। অর্জুন -খাইদেম দেবেন সিংহ

৫। শৈল্য— ইরোম নবকান্ত সিংহ

৬ পরশুরাম, ইন্দ্র —সোরাইজম নবকুমার সিংহ

নুপীগী শরুম

১। কুন্তি - গুরুমযুম ওংবী ইবেয়াইমা দেবী

# কর্ণগী মমা

## অহানবা মতাং

১ক্ষম — কুন্তীগী খাংপোকশং ( যম প্রসাদা লৈবা )

মতম — নুমিদাংৱাইরম সন্ধ্যাগী লাইপূজা লোইরবা মতুংদা
ফিভম
তৌশিবা পুন্সিগী অৱা নুংঙাই ময়াম নিংশিংলুবদা ৱাখল্লনা পুল্লবী অমা ওইনা ফুংনাক মপান্দা ফমহুনা লৈ। মতমসিদা ইখঙ শঙকৌদনা কৃষ্ণ চঙলক্লুনা মনেমতোনবু কৌরে।

কৃষ্ণ — ইনেমতোন, ইনেমতোনবু লৈব্রাও ?

কুন্তী - (চহি ১৩ মশক উখিদ্রবা, মপাউ তাখিদ্রবা কৃষ্ণগী মখোল তাবদা নুংঙাইজবনা তয়াং তশোক্লই কৌগৎহুনা নুংশিরবা মপাওখোন্দা )—কাঙ্গাই ! ইনেম লৈ, চঙবিরকসি লাও।

( খোং হুংদোকই )

(কৃষ্ণগী মশক উবদা কুন্তীনা খোঙ্জেল খোক্লা হিক হিক কপচখি )

কৃষ্ণ — ( থম্মোই শোৱা নুংশিবীবা ৱাঙাংনা )- ইনেমতোন করিগী ৱাবগেনে ? তৌজিক অৱাবগী শরুক লোইত্রে। দাদা মহারাজনচিংবা পাণ্ডপ মঙামক য়ৈথাইবা লৈতনা বিৱাটতা ফোংলে, ঙসি ঐনা লাকলিবসি অচৌবা থৌ অমগী শরুক য়াহুনা লাকচরিব ন। ৱাকম অস্রিদ্ব

কোন্নবু ভমজগে শাংলবা চহি ১৩ অসিবু মতৌ করম তৌনা ইনেমতোন্না লেনবগে হায়বহ্নু তম্বায়ু। অহ্নগুম্লবা নপাউ অহ্নবু নচা মঙানস্লু খৌরাংনা ঙাইজ-হৌরি।

কুন্তী— (অরা পোপথোকচফম নহানমখৈ ফংজদ্রবীহ্নু ঙসিন্দি ফংজরবদা অঙাং মচাগুম পুক্লিং নুংশিনা। কপচরকই, অহ্নগা রারা লেবা হৌরকই)—হে ভগবান করম্না ইনেমগী অরাবসিবু লিরসিগেনে, ইচা মঙানা বন চংখ্রবগী মহুংদা মতম খরদি থম্মোইগী অরাবা কয়াবু থেম্বাহ্নুনা বিক্লরনা ঐবু যোকপীরম্মী। বিহ্নবস্নু দুর্যোধন্না তান্নোকখ্রবহ্নদদি কৰি তৌনিংঙাই লৈশবনা ইনেম ভিক্ষা চংলবনি। পুকচেল ফল্লবা দুর্যোধোননা কুন্তী শিরবতদা মচাশিং কল্লকলোইদবনি হায়হ্নুনা প্রজাশিংদা, কুন্তীদা ভিক্ষা হাপ্লবদি বংশ মুংনা হাংকনি হায়হুনা ইনেম ভিক্ষা চত্তে।

(রাকম খরসি হায়রগ কপংখে)

কৃষ্ণ— ইনেমতোন অ.দগী করম তৌরবনো শেঙনা হায়বীয়ুনে?

কুন্তী— কন্নাই করম্না লিরসিগে, মাওইবদি পঞ্চভূতনা শাবা দেহনি, চাংদ্রবদি হিংদে, ইচা মঙা লাকশা ফাওবতদি হিংবিগে হায়হ্নুননে ইনেরা অহিং অথেংবদা কৈথেল্লগী

চেং হৱাই অতা অতু খুল্লগা চাহুনা লেল্লি। অহুবু পুকচেল ফত্রবা দুর্যোধন্না তারহুনা কুন্তী শিররোই হায়হুনা চণ্ডাল লিশিং ৭তা কৈথেল খম্নদগীনা নোং ঙানবা ফাউ ঙাকহনখিবনা ইনেমনে অতা অতু চেং অ ফাওব' খুঞ্জবা ফংখিদনা নুমিৎ কয়ানি চরা হেন্দুনা খাঙখিদে।

কৃষ্ণ - ( পিরাং ইচেম্নবা শোকলবা খোনক্ষমদা ) – অহুদগীদি ইনেমত্তোন করম তৌরবা ?

কুন্তী - অহুদগীদি কঙ্গাই, ইনেশ্না করি হায়গনি, ইনেমগী গাত লৈখিদ্রে। চাদবনা নুমিৎ ৭নি শুরকলবদা শিগ্রসন্নু মরেপ্লবনি. অহুবুনে ইচা মঙা হল্লকপা ফাউবদাদ হিংনিংমনগ্রহুনা ( অসি হায়রম্লগা মীনা চান্নদ্রবা ছুইদ্রু মরু তকখাইরগা শাবা তল খর: পুথোরকই ) মীনা চানদ্রবা শামরু! ফাউবা মিতাবিদ্রবা ছুইদ্রু মরুগী তল অসি চাহুনা তোনবদগী তোল্লবা ফিভমদনে ননেম ঙসি ফাউবা হিংজরম্নিবনি। ( মথৱাই নুংঙাইতনা কপ্পী )

কৃষ্ণ - ( মনেমবু থেমজিনবা নুংশিবা খোম্থোক্লা ) হারু ৱারুরগন্নু ইনেমত্তোন। ভাইবং লমশাংদি অতোং অকুৎ নাইবনি। নিয়তিগা খুজন্নি, মীওইবদি মাগী পোনি পোগী পোরমহৃদা হোদনবা চৎপনি: ছুথুপ নাইবা

তোরৈদা কাওশিং—কাওরাংনা তাওবগুম মীওইবস্থ অরনি. হৌজিক্তি রারম্না পুম্না কোক্লনি।

কুন্তী — (অরা নুংঙাই, পুম্বা খুরুম ৷ নশিনলগা হংজরকই) — ইনেমগী কাঙ্গাই ইবুংঙোনা ননেমগী লাইর খা'-পোকশং অসিদা লেংলকপগী মরম অদু মথ শিংনা হায়বীয়ু'।

কৃষ্ণ — ইনেমতোন, রাশিং অসি য়ামখ্রে, ওস্তোগা লুরবা রাফমনি, হায়নখিবা মতুং ইন্না চকি তেরানিথোই বন্দ চংপা চহি অমা লোংপা হায়বা য়ান্নখিবা পুম্নমক পাণ্ডবনা পাংথোক্লে. অদুবু পাপী দুর্যোধন্না হায়ন্নখিবা পুম্না নিংশিংদদুনা য়েংতুম মতোন্দ। পকপা নৈবাক ফাউবা পীরোই হায়দুনা পিদবনা ঙসিদি চামা মঙ্গাগী লালগী থৌরাং লাইরে। অদুবু ঐনা অমুক্তং শনত্তাইবা য়াগদ্রা হায়দুনা লাকপা খোঙফমনি।

কুন্তী — (পাখংনা) অদুদি ৫ ও শনত্তাইবা য়াগনি হায়ন দ নিংবিব্রা? য়াদ্রগনা করম তৌবিগনি।

কৃষ্ণ — (য়াম্না মরৌ নৈনা) ইনেমতোন। লান অসিনা তৌবদা মতারবদি কনানদি জয় ওইহননিংঙি, ঙসি মিনমদনা ধর্ম্ম য়েংহনা হায়বিয়ু।

কুন্তী — (য়াম্না রাজনা) ইবুংঙো. ইচা মঙ্গাসি রাজরকলে, হন্দক্তা লান অসিবু মখোয়না জয় মফংজদ্রবদি মখোয়'দ

পুন্সি চুপ্পা নুংঙাইবা ফংদ্রবা হায়বন্থ তারে। মখোয়না ধর্ম্ম হাকনা কায়ভদ্রবদি জয়দি ফংজবনা ফরোইদ্রনে প্রভু।

কৃষ্ণ — হসেংবা'না ইনেমতোন, পাণ্ডব ধর্ম্ম কায়জবা নত্তে, কায়দে হায়হনস্থ জয়গী অশাদি ঐদি উদে ইনেমতোন।
(মায়থোং লাংশিল্লি

কুন্তী — (থুককংনা) অদি প্রভু কনাই মঙাদি মপোক অসিগী নুংঙাইবা ফংদনা মাংজবদা থারেদনা, মতমপুম্বদা নাপু নিংজবা, নংগী সেবকশিং অসিবু কনাবিগে হায়না নিংবিদ্রবনে প্রভু? (পিরাং ইচেল্লরকই মিংলু অনিদা মপি চৎম চৎম থানা কপচবা অমুক তৌরকই)।

কৃষ্ণ — ইনেমতোন। মসিগীদমক নীস্থ খনফম খঙদনা; লৈরিবনি অত্তু ঙসি দ মসিগী উপায় অমদ লৈরহুনা ইনেমতোনগা থাল্লদ্রবদি থোকলোইদবা ওইবনা। ফমদা চঙলকলিব না হন্দক্কী লানফম অসিদা পাণ্ডপ্পু হিংহনবিংলবদি মীশক অমখক্কুগী মখোয় মঙাগী মথক্কাই, ভিক্ষা নিকবা নংজনদি উপায় উদে।

কুন্তী — (ঙক্না) ভিক্ষা নিবা, ইচা মঙাগী মথরাইবু ভিক্ষানিবা অশেংবরনে প্রভু?

কৃষ্ণ — ঙক্কনু ইনেমতোন, অশেংবনি, অংদা য়াম্মা অকুবা

ৱাফমদি ভিক্ষা নিরুগদবা মীশক অহু ওন্থোকপা মীওইনি। মহাক অহুগী মফমদা মীওই ১না হেক চৎলুরগা ভিক্ষা অসি ইরাই লাইনা দান তৌথোরক্কদবদি নত্রি।

কুন্তী — (য়ামনা খোৌরাংনা) অহুদি করম তৌগনি প্রভু! কনানা ভিক্ষা অহু নিরুরবদি হাপপিরক্কনি।

কৃষ্ণ — (চিংনা য়েংলগা)—ইনেমতোন, মহাক অহুগী মফমদা ভিক্ষা নিরুগদবা মীশকতি লাপতে নক্লা লৈ, মহাক অহুনবু য়াবিরক্কদ্রা, য়াবিরকলোইদ্রা হায়বহুদি ঐনা খঙজবা ঙমদ্রে।

কুন্তী — ভগবান! ইচা মঙাগীদমক্তনি প্রভু! মহাক অহুগী মফমদা ইনেম্মা মখোং পায়হনা হায়জরুগনি, মহাক অহু কনানো, অমুক্তা তাকপীয়ুনে?

কৃষ্ণ — মহাক অহুদি য়াম্না নক্লা লৈ, মহাক্না চৎপিগে য়াহনা চৎপিরুরবদি ভিক্ষাদি হাপলক্কনি: অহুগা ভিক্ষা হাপ্ল-ক্কদোরিবা মীশক অহুস্থু লাপ্তনা লৈ! মহাক অহুস্থু ঙসিগী সংসার অসিদা মঙান নাইনা লৈরিবা অথোবনি মহাক্তি ধর্ম্ম লৈবনি, পূকচেল চাউরবা অশেংবা দানবীরনি

কুন্তী — পূকচেল চাউরবা অশেংবা দানবীর!

কৃষ্ণ — মানি, পুকচেল চাউরবা অশেংবা দানবীরনি। ঙসি মহাক পাকচাউরবা সংসার অসিদা নিঙমদনা কনাগুম্বী অমবু কন্না থিজরি।

কুন্তী — কনাগুম্বা অমস্তু থিরিবা ॥

কৃষ্ণ — অঙ মহাক্কা অস্থক্কী মতিক কনা থিরি, অদুবু কৌজিক-ফাউবা থিবা ফংজদ্রি, অদুগুম্বা নিপা অদুগী মফমদনি নচা মঙাগী মত্তু স্বর ৫ লৈরিবা।

কুন্তী — (থম্মোইদা পাল্লবা নিকতক তৌবা খোঞ্জেল্ল) — ভগবান তাকপিরোগবা মীশক অদো!

কৃষ্ণ — (মোমোন নোরা) — ইনেমতোন, অদু কনা নত্তেনে মীশক অদো, অঙ্গ দেশ ধীপতি বৈকর্ত্তন দানবীর দাতা কর্ণনি

(কুন্তী ক্রুমাং অনপ্পী কাই, স্বর চাউনা হোল্লি)

অদুগুম্বা অথোবা নিপা অসিনা কৌজিক ফাওবদা মমাদবু মশক খঙজগে হায়না থিজরি, তে মঙা পোকপী। বৈকর্ত্তন অসিনা মমা অদুতবু মশক খঙজগে হায়দুনা দান কয়া তৌজরি, করি অমুক হায়গনি, মাগী দান অসিদা মহাকপু দানবীর দাতা কর্ণ হায়না ফাওরিবনি। অসি য়ৌনা মমাদত্তু ফংজরবদি হায়দুনা হোৎনজরবা ফাউবদা ফংদ্রি। কৌজিকস্ত নোংঙানবুং য়ৈগদবা পুং ১ রাংলিচৈদগী গঙ্গা স্নান তৌজদুনা গঙ্গা মাতাদা ইমা মশক তাকপীয়ু হায়না স্তুতি তৌজরি। ইনেমতোন (য়াম্না ইংনা তপ্পা) নঙননে মাগী মমাগী মশকসি খংবিরদি অমুক্তা মঙোন্দা তাকপিয়ুদনা?

কুন্তী— (মশা পুম্নমক্কি থক ২ নিক্কুনা) -- প্রভু ইনেমদি কদায়দগী থগুগদগেনে।

(মপি শিংরকই মুংশা মপি শাংনা ২ হোল্লি)

কৃষ্ণ — (তকশিনবা রাড়াংদা) রাকমসি থরাইবা নংঙ ইনেম-তোন, লম্ব্রবা, যাম্না লম্ব্রবা রাকমনি। প্রেমনি, পুংনি, মসিনা মঙ্গল পুরক্কদোরিবনি। নংনা লৌবা থুম্না অমদি পিবা থুমফম পোকপা দান ওইববদি নিপা অসিগী মফমদা দান লৌরগা নংনম্ভ মঙ্গোন্দগী দান লৌনবা হোংনরবদি নাকন থনি মক্কী কৈ, নঙুনা পুংগুম কল্লবা থম্মোই ওইহনা থঙনা থঙনা ঙসি ফাউবদা মবোং-লবদি, মতম কুইনা রাংরক্কবা পাণ্ডুবনা ফন্দকুকী মপোক অসিদা ননাঙা লাক্কুনা ইমা শাংনা কে রথিনি হায়নদি থাজরুগনুকো সতী।

কুন্তী— (য়াম্না রানা পোথাফম থংদনা) প্রভু!

কৃষ্ণ— পিক্কা মপা কাইনথিবনা মখোয়না অসি য়ৌথ্রবা নল্রা। ঙসি মামতোন পাণ্ডুনা লৈরম্লবদবু মীনা অস্মক লাকচ-রমগদদ্রনে? কনা লৈজদবা ওইহনা অতুগুম্না কুরুগী সভা ময়াইদা মীনা লাকচবিগদ্রা? খল্লু! ঙসিগা কুরুগী মপান নাইদ্রবা লন থুম কনাগী মপাম্লনো? বীর অহনা পিরম্বনি, মনাও অম লৈরম্লবদি মমিং উদ্রবা ধৃত-রাষ্ট্রনা মচাতগী য়েংহনা অস্মক শাথিনা পাণ্ডবপু চাথুং-কিথুংদবা ওইহনা নারক উরক্কা তাম্নোকপিগদ্রা? ধর্ম্মরাজ

যুধিষ্ঠীরনা করি লানখিদ্রুনা অসিগুম্বা অৱাবগী কোকথোং অমা মড়োন্দা থোনবিরিবনো ? অহুবু কৌজিকস্থ মমা ওইবা নঙ লৈরি, মমাগী আশির্ব্বাদ লৈরি, মমাগী প্রেম লৈরিদৈদা মচাশিংনা লেম্না মাংফম লৈব্রা ?

কুন্তী – (থম্মোই শোক্না) প্রভু !

কৃষ্ণ – (তকশিনবা রাঙাংদা) হে মমা ওইবী ! নঙগী থম্মোইদা অসিগুম্বা অরোংপা ৱাফম ১ থমদনা নচাশিংগী হন্দক্কী জয় পরজয়গী খোংফমদা মাইথিবা ফংগদৌরিবা নচাশিংবু কন্নবা কাংথোকউ। নত্রবদি নচাশিং অসবু হাংপগী পাপ নঙনা ফংজগনি। ইনেমত্তোন করিগী তুমিন লৈরে অদুগী শকুকপুদি ইমা ইমা হায়না খিজরিবা মহাকৌস্থ অপেনবা পিদুনা মমাগী মশক লাকপিরগা নচা মঙাগী মথরাই কনবনা হেন্না মমা ওইবীগী তৌফম থোকপা নত্রা ? নহানমখৈ তাকতৌদে, তাকফম থোকপা মতম কয়া হৌখ্রে, হৌজিক তাকনুবদি ওইজবা থিবা থোক্কনি নিংবত্তুদি লাম্লে; মানা পামলি 'ইমা'। ইমাদবু ফংলবদি মাগী মথরাই থাগ্রবস্থ পেম্লে অসিনি।

কুন্তী – (খাংফম খংলক্রুদুনা মপি জরজর শনথরদুনা) যদুবীর নঙগী যাদুবু কনানা খঙগনি ! নঙদি তাইবংগী পাও পুম্বা খঙবা নত্রা ? নঙনা কনাবু চাং য়েংলি, কনাবু ৱাহনবা, কনাবু নুংঙাইহনবা অদুগা কারিগী মীওইবা কৌবা সমাজ

অমা শেন্থাদুনা ইকাই ইকি কৌবা পল অমা শেন্থীরি। মন্তবু কিজন্না লোৎচরিবা কনাগুম্বীবু চিংথোক্তুনা মীমাংদা খোংগোইবিনবা করিগী লাকুবিরিবা? ননেম্মু করি ওইরম্মিগেনে। (থম্মোই শোক্না কপ্পী) নঙদি ভগবাননি, নঙবুদি ঐনা ঙসি কিররোই, হঙ্গোইর-রোই অদুগা মীওইবা সমাজবুদি হঙ্গোইংনি, কিখি-গন্নবা মাধব নংনেনে, পাও অসে কনাগুম্বা অমদস্মু তাকথোকপিরোই হায়না রাশকপিয়ু অহ ওইরবদি ননেম্মা মতম কুইনা থম্মোয় নুংদা লোত্তুনা থমজররুবা রাফম অসি নফমদা হন্দচরগে?

কৃষ্ণ — (হরাওনা মোমোন নোক্লদুনা) ইনেমতোন! নুংশিরবা মঙাগীদমক্তা ঐনা নঙগী রাফম অদু কনাগুম্বা অমদস্মু হায়দোকলোই, হায়দোক্লবদি ঐ অমদি ঐগী আদি পুরুষা অপুম্বা নরক্তা তাবা ওইসনু।

কুন্তী — (হিক — ২ লাওবা খোনফমদা) প্রভু! কর্ণসে, তোম্লবী-গীদি অহানবা নৌনা ফংজখিবা ইচা অহননিনে।

কৃষ্ণ — ইনেমতোন, নহাক্কী রাফম অসিদি ঐগী থোইনা অপেনবনি; মহারথী কর্ণবু ইনেমতোন্না পোকপা ওইরবদি হন্দক্কী লাঙাও অসিদি করিস্মু লৈত্রে। নচা মঙানা শোইদনা লান জয় ওইরগনি; বীরপুরুষ অদুনা ইনেমতোনগী য়াথংবু হিক্তোকপা হম্মোই, মাগী মফমদা হায়বিয়ু হন্দকা লান অসিদা মঙাগী মীচংদা লৈস্মু।

মতুদা য়াদ্রগনা ইনেমত্তোন, কর্ণগী য়েংথংবা মখুদোম্নী অতুগা পাণ্ডবকী মৃত্যুশ্বর মঙা অতু শোইদনা ভিক্ষা নিথোরব্বদবনি। নল্লবদি নচা মঙাগী মথল্লাই কনবা ওইথোক্কে। ( মাইথোং মকশিল্লি। )

কুন্তী — ( রাজবগী ওমখৈ লৈত্ত নিক্লবা খোলফমদা ) — মাধব ইনেথু করি ত্তৌজৌ হায়রিবনোনে, করম হায়না মাবু ইচানি হায়নম্বু মাগী মফমদা অতুগুম্বা রাশিং অতু হায়রুগনি। মমা ওইবী ঐনা মতম অমদা ইবুকথোক্কী ইচাবু ইথাদা কোনখিদে, ঐনা ঐগ ইশাগী ইকাই-খুম্বা অতুগীদমগা মাবু অতুম্না ঈশিংদা থাদখি। জ্ঞান লৈজদ্রবা অঙাং অতুনা "ইমা নঙনা ঐবু ইত্তোমদা শিজখ্রোরা" হায়জবদি ওমজদনা অ মক তুমিন্না কোরি চক্কুতুদা তাউথখি—( অঙাউবীগুম ) তাউথখি। ঐনা ওসি অরাবগী ঈপাক্তা তারবা অসিদনা 'ইমাবু কল্লু' হাংনা করম্না হায়রুরসিগেনে, ভগবান। মানা ঐবু শোয়দনা তুক্কচরমগনি, হঙ্গোইরমগনি, মমা অমনা মচাশিংগী মরক্তা মীচং মীথায় নায় হায়না রারৌখিগনি। মাগী মমিত্তগী মপি অতু নৌহৌননা ইমাংদা শিন্থরক্লনি, অতুগা লোয়ননা নশাগীতা ওইজবা তানবীনি হায়না থিনা হায়রক্কনি। কঙ্গাই হায়রুবা পুম্নমক্তা অরেম্বা তাবা তারবদি অমুক ইনেমগী মায় অসি উৎলুবগী

করি কান্নগনি ইনেম ইন্দক্লীসিদি চৎলরোই কহ্নাই নঙনা ননাই শংবু কনবিয়ু।

কৃষ্ণ — খল্লিবহ্ লাল্লে ইনেমত্তোন, বীরপুরু। বৈকর্ডন পুকচেল পীক্লবা তোল্লবা মীনা খনগদবা থাফম অহু খক খল্লমলোই, মহাক নুপী হায়বসি করিনো হায়বা খঙলবা অশিংবান। মহাক পোকপগী হারী অহু নিংথিনা তারগা মহুগী অথুপ্পা কাঙলোন পুম্নমক খঙগনি। নঙবু মরাল লৈতবী মমানি হায়না লৌগনি, নঙনা মাবু রোরি চফুদা হাপ্পুনা থাদখিবহুনা, খোইনা নুংশিদুনা সৌরি-বনি হায়না শিংলবা অঙ্গদেশধীপতি অহুনা লৌগনি। ঙসি ঐগী থাফম অসি খন্থবিবগা নমাঙদা তারিবা নথো অসি পাংথোকপনা মনা। ঙইবী ১ গী শৌফম থোকপা নথো ঙইগনি।

কুন্তী — অহুদা মাধব! ইচা অনা অহুম্মক লোত্তনদি নৈনা হৌজিক করিগীদমক ফোংদেকলিবনো হায় রক্লবদি ইনেমদি রা অহু তাজবা ঙমজরোই।

কৃষ্ণ — মহুগীদি অসিনি, মহাক দানবীরনি, ঐনা মথক্লা পনখিবহুনি সমাজবু কিবদগীনি ; মহু পুম্না মহাক্লা তাইনগদবাদি সমাজদনি, মমাদদি তাইনফম থোক্কে।

কুন্তী — করমনো প্রভু?

কৃষ্ণ — মহাক্লা মমা অমদি মনাউশিংবু য়েংফম থোকই, মরম অসিনা মহাক্লী মথৌ তৌরম্মু তাকপিবগনি। মাবু

য়োকপিদে কনবিদে তায়বা রাক্ষম অচনা মশাগী ধর্ম্ম অমদি কর্ম্মদগী মমাই লৈথোক্লবদ মহাক কাপু-রুষ'ন ওইজবা তানবনি। অচুবু বৈকর্ত্তনদি কাপুরুষ নত্তে, মথৌ শংবনি নচনা মাবু হত্তনা য়েংলুরবদি নশামক পাপ পুগনি।

কুন্তী— (মপুক্লিং ওল্লকল না) কচাই, ননেমদু হৌজিক কর তৌজো হায়রবনো। পাংলবাগী থম্মোইদি নচগী মুলদগী থোরকপা অচুম্বা রাঙাংশিংনা খুদম চনশিন-বিরে। তেভু নয়াথং মতুংইন্না কর্ণগী মনাক্তা চংলগে থম্মোয়গী অশোনবশিং চুমমক ফাজন্দুনা ঐসে মাগী মমানি হায়না লেপলুরগে।

কৃষ্ণ— ইনেমতোন, নহাক্না চংলগা তৌরুগদবা থোরমশিং অহু নিংথিনা খঙলব্রা?

কুন্তী— (ঙাওবগুম,' ক'রমত্তা খঙজদ্রে।

কৃষ্ণ— অহানবদা কর্ণগী য়েংথংবগী খুদোম্বী অহু নিথোক্কদবনি মতুংদা নচা মচাগী মৃত্যুশর মচা অঃস্থ ভক্ষা লৌগদবনি।

কুন্তী— (রাইংশিং অহু তাঙমদনা) ইবুংঙো ননেমদা মহু ফাউবদি তাকপিরগনু, তেনশিং অহু নিথোকলু হায়ব-ন্দি মানজরগে, ইচাগী খুদোম্বী অহুমক কক্লুনা পিয়ু হায়বহ ননেমদি ঙমজরোগ, মহু মমা ওইবী কনানা হায়গমলোইদবা রাক্মনি।

কৃষ্ণ — ইনেমত্তোন নহাক্কা কর্ণসি কয়া মগুন লৈবা নিপানো হায়বহ খঙদ্রি, নঙনা ফনমক তেনশিং অহ লৌথো-ক্লহনস্থ নচা মঙা হিঙলে হায়বা য়াদ্রি। মাদি প্রতাপ লৈবা নপানি মাগা মথৌনা মগুন অসি হায়দুনা কান্নদে, মাগী লিকাপাতি উদয়া চীঙদগী অস্তাচল চাঙ ফাউবা তেন্না থুংনা চৎপনি, মসি উহনা গুরু পারশুরামনা য়েংথংবা মখুবী অংবু দক্ষিনা নৌপ্রবনি। খুবী য়াওদ্রবা ফাওবদা খুদোঙ্গীগা খুৎয়াইগা চপ্পুনা কাপ্পা লীকাপ্পা নচা অর্জ্জুনগা লাম্বা য়াদ্রি, মরম অসিনা তেনশিং অহ লৌথোক্লরবস্থ লাম্বাদা নোপ্পবদি জয়গী আশা লৈদে, মরম অসিনা, মাগী খুদোঙ্গী লৌথোক্তবা য়াদবনি।

(ব্রাহ্মনগী লাকচংকই, লৈতায়ম থাদে মথন্তা মুকম মুকম শোনজবকই)

কুন্তী — কদায়দনো কুন্তিনা অসি থাঙ্গদোরিবা খোংথাং অসি। মথাক অক্তদি মপোকচেদগী মমাগী নশক খঙজদ্রি, মমাগী খোম্লাংগী মহাও খঙদ্রি। ইচা মচাসিদি পোকপগী মমা ওইবীগী লাঙ্গোলববিগী মুংশিববিগী মিৎয়েং মথাদা চাঙরক্লবা ঙাওনি। অংবু কর্ণদ অথানবা শকথঙনবদা অমঙ্গলগী মশকুম প্রনপ্রবনিনে। (কপ্পী)

তনিংশুবা মতাং

মতম— নোংছোনগদবা পুং ১ বাংনি ৈতগী মতম

মফম— গঙ্গা মপাল

ফিভম— কর্ণ মমাই নোংপোক ওন্দুন মপিন্তগী মপি শিস্থন্দুনা মমাগী মশক খঙনিংনা হ্নংহিক্রনা গঙ্গা মাতাদা কায়জবগী।

কর্ণ:— কে ইমা গঙ্গে, কে ইমা তেংনুবা কর্ণগী মমাবু মশক তাকপিরগবা কয়াম কুন্তবনো মমা মশক শঙ-জদবা, মচা অমা ওইনা পোকপগী মতৌ মানজদবা তমদনা থমোইসি নুংনাংনা লেনজনকলিবা? জগং সংসার জীব খুদিংমক্কী মমা মপা ওইবশিংনৈ, অদুবু কর্ণগীনোনে তোল্লবা কর্ণ ঐথোন্দগীদি লৎনবিরিবা অসিবো। ইমা গঙ্গা মাতা খঙনবিরোনে নচাগী অশেংবা ইমাদো। অধিবথ অমসুং রাধা ঐগী ইপানি ইমানি হৌজিকস্থু মখোয়বু পুজা তৌরি, থম্মোইদদি ঐগী অশেংবা ইপারা ইমারা হঙলি। অশেংবা তাকপীরো

(কর্ণ পুজা লৌইরদুনা খোংথাং লুম্না লৈরাই তম্না কাখৎলকই, কুন্তীনা চৈগু লৌবগুনা লৈরাই মথক্তুদা লৈপঙমদনা লেপলি)

কুন্তী— (লোল্লা) করিগী নিকলি থম্মোই, করিগীনো পিরাং ইহৌরিবা মিৎম্না নচুনা, শামু খোংথাংগুম্নবা রাখলনা লুমথরবা মমাগী মশক খঙজনিংবনা ঙাওস্লুনা থিজরিবা মহাকপু উবগা

(কর্ণনা লৈরাই তম্না কাখৎলকপদা কুন্তীনা লৈরাইদ কেপ্লষ উবদা, লাপ্লক্ক কৌবকই)

কর্ণ — মঙা পোকপী, খুরুমজরি, করিগী মফম অসিদা লাক-পগে ? অস্থুক কুইববা অসিদা ইমা নঙদি রারে, নঙলে হায়না হায় নোংমতম্ম কর্ণ ঐগী ইফমদা লেপ্লিরদে। দুর্যোধনগী অত্যাচারদা খাঙহৌমদ্রবা ইমাও নঙগী করি রাংলবগে সতী ঙসি কর্ণগী মফমদগী কাম্নগদবাশং অহ হায়বীয়ুনে ইমা। অর্জুন পোকপা করি হায়নিংবা লৈ

কুন্তী— মানি ঐ অর্জুন পোকপী মমানি। নিংশিলিবরা অকনবা নংনা অস্ত্র পরিক্ষাগী মতমদা নিপামচা মতক থোক্লা চোংথোরকখিবা অর্জুন লাম্নাগী মতাং-ঙুদা অচাযানা মরক খায়না হঙখিবদো, নঙগী পারি—পুরী ? হায়খিবদায় ভারত বংশদা পোকপা চাদা নাওদাদি খুমিং খুদাংমচাগা লাম্না পাবা য়াদে। মতুদা নঙনা নখুং নাশা খেক্লা নমিত্তি ঈরা চেন নোংদোন

অঙানববু য়েঙহনা লেপখিবা। মহু উবদা কুশ্মে য়েংলিবী লৈমা ১০০০/১০০০ গী মরক্তগী অর্জ্জুন পোকপী মমাতনি সনাগী যবলিকা মনুংদা ঈশিং চায়হনা লাক্লখিবা, মক্তংদা য়াইফবা দুর্য্যোধন্না মনাও দুশাশন থাজিন্দুনা নঙগী খুজেং হংজি লাক্লা চিংশিহল্লগা লৈপাক মীয়াম মমাং মক্তদা দুর্য্যোধন মখুংমক্লা সনাগী চকুদগী ঈশিং হৈরকপা, ঈশিংগী ঈরিলম্ভা অর্জ্জুন পোকপী মমাগী মিংকী পি য়াওখিবনি, নঙদি খঙলিরোই বৈবর্ত্তন।

কর্ণ — হায়বিযু ইমা নহাক কনানো? নখোং কোন্দুনা হায়জবি ইমা নহাক কনানো? ঙরাং অহিং মঙলানচাদ্দা, অহিংগী মমৈ ওইরকপদা ফিরু ফিরাংদি খুম্নবী অহল ওইরবী লুপী অমনা ঐবু পোকপী ইমানি হায়দুনা লাক্লম্মী, ঐনস্থ ইমা ইমা কৌজৈ, মহাক্কী ফিরুক অদু হাংদো-কলমদনা মমাক অরাং পাংনা ওন্দুনা অহমক মচংখি, অদুগা ঙসি ইনুং খিঙ্গারকপা অসিদনা হে মঙা পোকপী নহাকনা লেপলরনে!

কুন্তী — (লাওনা)—ইমাগী মহরথী! লাউ কারকউ! ঙসি ইমানা নঙগী নফমদা,নমা ঐবু ঙাকউ হায়না হায়জগে লাবলি! মচাগী মফমদা মনানা লানস্রে। মহু পুম্বা শেংদোক্লরসি হায়না ঙসি পাঙ্গল শোক্লবী নমানা ঙসি নফমদা লাবলিনে ইমাগী বৈবর্ত্তন।

কর্ণ — ইমা মঙা পোকপী নংবু তোল্লবা কর্ণগীসু মমারনে ? হে মমা ওইবী ! অদু ওইরবদি ঙসি নচাগী কল্লবা মাতৃপ্রেম সাগর অসিদা চোংথবীরমো লাকপিরো ! অদুগা লোয়নন্না ইমা ! ঐবু করম্না নঙগী নচা ওইরিবা হায়বা রারী রাখোঙ অদু পাপ চেল্লবা কর্ণগী নাকোং-সিদা তাহনবিররো ( রাফম অসি হায়না ২ চেনশিল্লক্লুনা কুন্তীগী খোঙ কোন্দুন কপ্পা !! )

কুন্তী — বৈকর্ত্তন ! নঙদি ইমাগী ইহান হান্না ফংজবা ইচা মুপানিনে। নঙবু পোকপা নপাবুংদি নোংমদোন কোরো হেল্লিবা নুমিৎ কৌবা দেবতা অসিনা নঙনা পোক্লকপদা পৃথিবী অসি নিকখিবনি, অথৌবা কর্ণ ! করিগী ইমানা নঙবু য়োকখিদবগে হায়বদুদি, ইমানা মীওইবা সমাজবু কিরুবদগীনি ।

কর্ণ — হে ইমা ! হায়বিয়ু করম্না নুমিৎ কৌবা দেবতা অসিনা তোল্লবা কর্ণ ঐবু পোকলিবা ইপা ওইরিবা মথঙশিংনা নচাদা লিবিয়ুনে ইমা।

( মপি মতুম ২ তানা কুন্তীনা হায়রকই )

কুন্তী — ইমাগী বৈকর্ত্তন করম্না পাপকী মশক ওইরবা মীনুংশি য়াউখিদ্রবা রারী অদুবু ঙসি ইচিনসিনা নঙোন্দা জন্নসিগেনে।

কর্ণ— ইমা! তোল্লবা নচাদদি লংনবীগ মু অমত্ত চিথদনা তস্বীযুগবা। মহুতবু তাজনিংবনা ইখৌ লাংলবা থম্মোইনিনে ইমা!

কুন্তী— বৈকর্ত্তন! লিরগে, নঙনা তানিংলিবা খঙনিংলিবা হুমক লিরগে, ঙসিদি মতম কুইনা ফুমহনা থম্লরুবা রারম রারীসি অস্মক নমশিন্দুনা থম্বা ঙমশিনলক্রে।

( হিক্রা হিক্রা কপ্পা )

ইমাগী ইবুঙো! তোল্লবী নমা ঐসে পিকলিঙৈদা কুন্তভোজনা মপারী মনোম শক্রা লুনা চান্না য়োকপিরকখি। কোনুংগী নৈমকোনশিংগী মরক্তা অৱামত্তা খঙদনা চাওরকখিবনি। নোংমা শাওগল্লবা হুর্ব্বসা মুনিগী সেবা মতোল লোম্না তৌজবদগী পেনবিরহনা পিরম্বা 'আকর্ষন মন্ত্র' ফংহৌবদগী মন্ত্র অসি শোন্দুনা কৌনিংবা দেবতা অমা কৌবদা শোয়দনা লাক্কদবনি খনলুবদা মন্ত্রগী সিদ্ধি চাং য়েংনিংবদি পোকখি। ইখুত্তা কোরিগা পাত্র পুহনা 'অস্বনদী' তম্না ঈশিংশোক্কে হায়না লাকখি। নোংপোক থংবা অতিয়াদা নৈচিল পাবানা থাংবদা কোরৌ মশেক্রা খিত্তং খিনগংপহু অঙাংবা মনি মতুম অমা মালেম নৈমানা তাইবং অসিদা খুদোল পোং অমা পিরকপগুমখি। নৌজরিবী রাধল মপুং ফাদ্রিবা

থম্মোইনা অফবনি ফত্তবনি খন্থরুদনা কোরৌ নহা অঙানববু তম্পাকথক্কা পমনিংলুরে। আকর্ষন মন্ত্র শোন্দুনা নুমিং কৌকরে। মহার্সগী শোইফদ্রবা মন্ত্রনী, তোল্লবী ঐগী নাক্কা নুমিং কৌবা দেবতাদো থুংলখি। অহুগা নুংশিনা অস্নুম্না হায়কখি—

স্নূর্য্য— দেবী ইথৌদগী মিকুপ অমতা থৌগাইবা য়াদ্রবা ঐবু কৌবদি নংগী অপাম্বা করিনো হায়যু।

কুন্তী— দেবা ঙাকপীয়ু, পঙলবীবু, ঙাকপীয়ু। নফমদগী করিগুম্বা অপাম্বা অমত্তা লৈজদে, অশেংবদি দুর্বাসা মুনিগী সিদ্ধ চাং য়েংলুবদা থোর্কাখ্রবনি।

স্নূর্য্য— দেবী নঙগী য়াফম অদুনা ইথৌ লৈবনা লাকপা য়াদ্রবা ঐগী ইথৌ লৈহন্দবদি য়ারোই। নঙগী নফমদা ঙসি পুত্রদান পীগনি, মসিদা নঙনা ঐবু লাল্লে হায়না লৌগন্নু; নঙনা নিদ্রবস্নু ঐনা নঙোন্দা নপারী অমা দান পীরম্লগনি।

কুন্তী— দেব! ননাইদি মাঙলে। ঙসিগী তাইবংসিদা করম্বা ইমাই অসি উংকনি, মঙাল নাইরবা ইপা নিংথৌ কুন্তভোজ ঐগী ইতৌসিদা মমান্নবা মরক্কা ফীরুক খুন্নগনি, মরাল লৈত্রবী ইমাস্নু ইপাগী অশাওবা মৈরিরক্কা কাহৎলগনি। অঙানবা, ঐগুম্বী নৌজরিবীবু অস্নুম্না নৈহৎলগা নঙনা পেল্লগে খল্লব্রনে।

স্নূর্য্য— মিকুপ ১০ না থাবুং ১০ শক নঙগী ইন্দ্রিগী হৈফীগ্

মপুং ফানা তাইবং ফাওজরো। (মাঙখিবা)

কুন্তী — মতুং মিকুপ ১০দা থবাক লমদম ইথক হৌরে. ইন্দ্র নাওয়েক নাঙতমলে, খঙহৌদনা য়েৎ থংবা নাকোং-লোমদগী পারি অমা শাংলে। অঙাংসে ফচম্বা অঙাং নত্তে, মাগী ফুরিং ব্রজ চন্দ্রবা, সনাগী লুছপ পোকপ-দগী য়াওরকখি। অহুবুনে অঙাংদো লৈঙোই শেক্তা থক্তগীদি কনানম্মু লৌখৎপিদ্রে, য়োকচবী চামা চামনা নাওকোনগদবগী ঙাইনরবা নিংথৌকোন্দা রা রা নোক্লা মনিন নাইরগদবা অঙাংসিবু ঙসিদি কনানম্মু লৈঙোই শেক্তাথক্তগী কোনখৎপনবা লৈখিদ্রে। মীওইবা সমাজগী অথাবা মীৎয়েং মীনোক মৈশা রাংমা কান্নবা হোৎনবা উপায় লৈজদ্রবী লাইবক খিবী কুন্তীনা অঙাং অহু হন্দোগ্রগে লেপলে। কোরি চক্ষুদা অঙাং অহু হাপচিল্লে—অস্বনদীগী পাক্লবা ইচেন্দা চফু অহু ইন্থো-রকলে।— নুংশিরবা অঙাং অহুবু থাদরমদাইদা ইমাগী থম্মোইসি অহম কাইথ্রবনি। বৈকর্তন, মতম অংদা কাইখিবা থম্মোয় হৌভিক ফাওবা তাইশিন্দ্রে। নংগী মৈনা ঙসি ফাওবা চান্নি।

কর্ণ — তোল্লবা কর্ণতম্মু নত্তনা ইমা নংম্মু রায়মলি, থম্মে ইমুংগী মৈচাক কয়াবু থাঙমদনা থাঙলমলি। অঙকপনি অপী ঙইবীগী পুকচেল, লৈনাদগী হেয়া থোৎলি থলফুৎ

নুংদগী হেন্না কনবা ওইরমহুনা থাজবা কয়াস্থু মাঙহন-
লম্বা য়াই। নত্তে, নত্তে! ঐগী বাখল লাল্লে।

**কুন্তী** — লানদে! ইমাগী বৈকর্ত্তন লানদে, নঙগী বাখল লানদে;
মী অমা ওইনা সমাজ গী মনুংদা ৈনা লৈনা পনথৈ
অমথক খঙন নত্রগা খঙদনা অঙম তাগ্না লানলুগে
হায়বা মথক্কী খন্থহৌদবগী কোকপা ঙমদ্রবা দোষনি।
মতুগী শাফুগী ঈরৈ কনলি, লোইবা নাইদনা কপ
হনলিবনি মরাল লৈরুবা থম্মোইসে, খন্থবগীস্থু পলেপফম
খঙদনা সমাজগী মমাংসিদা ইমায়সি অমুক্তস্থু হায়গন্তুনা
চংপা ঙমদ্রিবসিনি। থম্মোয়না লানলবা থম্মোয়সিদু
বারকচহুনা মরাল লৈরবা মী অমা ইওইতা ওইহনজরিবা
অসিনি।

**কর্ণ** — (য়াম্না পুক্নিং নুংঙাইজনা হায়জবা) ইমা! পুম্নমক
হৌরবা ঙাকনি। পুক্নগী ফোংঙমদবা পাওখোংনি.
বাহংতা মঙাইরে. পাওখুম পিগে হোংনরুবা ঐখোয়তনা
অরা ঈরৈদা তাজগদবা। পুম্নমক কাওথোকপিরো ঙসি
দিনে ইমা, মমাবু ফংজবগী হরাও নুংঙাই ইথকনা
থুক্নাংলবা তোল্লবা কর্ণগী মাতৃপ্রেম্না পাথোক্লবা ঈপাক
অসিদা চো থবিরকলো।

**কুন্তী** — ইমাগী ইবুংঙো! নংদি পণ্ডিতনি, পণ্ডিতকী বাঙাংদা
ঙাংঙি। ইমা পেল্লে য়াইফবা ওইয়ু।

কর্ণ – ইমা ঙসি নচাগী নুংঙাইরবা নুমিৎ অসিদা করমবা রাইনা কুরি পূজানা ইমাগী পেন্নবা তৌজগনি। ইমা নচা কর্ণ পোকপবগী মতৈ য়াল্লে, নুংশিরবা ইমা নহাক্কী শেঙুলবী মূর্তিদো দর্শন ফংজরে। হায়রিবসু ইমা ঙসি ইমানা নচাগীদা লেংবিরকপসি অনিংবা করিনো হায়বস্তু তোল্লবা নচা ঐগী ইফমদা তাকপিয়ু। চিংনবা পূম্নমক থাদোকপিহনা নচা কর্ণগী মফমদা ইমাগী অনিংবদো লোইনা ফোংদোকপিয়ু।

কুন্তী বৈকর্ত্তন! পুম্নমক নঙগী নমাঙদা থোকখ্রিবনি; ননাও মশা শৌজিক মরৈবাক্তগী তান্থোকপাখ্রে। হায়নবগী মতুং ইন্না হৌজিক চহি ১৩ হৌখ্রে, পিফম থোকপা মরৈবাক্তু পিবিদ্রে ফমাংসিগাদমক লাঞ্জাও থেঙনবা তাখ্রে: মতাং আসদা নমা এনা নফমদা হায়গে লাকপদি, হন্দক্কী লাঞ্জাও অসিদা ইমাগী কর্ণবীর! নঙ ননাও মঙাগী মীচঙদা লেপ্পু, হায়না হায়গে লাকলিবনি ইমানা।

কর্ণ – (থম্মোইদা ফমতুনা থমঙমদনা ফল্লবা)– ইমা! ইমা ইবেম্মা নচানা করম হায়না হঙ্গৎলসিগেনে; মতম অদো হৌখ্রে ইমা! নচাগী শক্তি পুম্বা দুর্যোধন্না পায়শিনখ্রে, রাশক্কী থোরানা নচাগী থম্মোয় অসিগ্না লোইননা ইপাম্বোম অনি অসি কম্না পুনশিনখ্রে। অহুগুম্বা নিংথেম কাংজেবুং অহুদা নিংথৌ দুর্যোধন্না

ঐবু কনবিখি। ইমা মতম অহুদনে নচানা মাগী মফমদা ঐগী ইপুন্সিসি কখোকখি। লেংবা য়াব্রবা খোংফম অমদা নচানা লেপলুবননে ইমা! রাফম অসিদা হরাওনা হোয় হেক হায়জবা ৬মলোইদৌরে ইমা, ইমা মফম অহুদা তোল্লবা নচাননে, পার্থবু ইনাওনি হায়বা খ৬জরম্লবদি অহুম্নবু ইচিন ইনাও লান শিংনরমগঙ্গনে —লান শিংনরমলোই। নুমিৎ অদু নিংশিংলি গুরু দ্রোণগী শিস্ত চামা ম৬াগী খুৎলাই পরিক্ষা নুমিত্তা অর্জ্জুনগী হৈশিংবা বিদ্যা কয়া উৎপদা মীয়াম্বু মিত্রং-গুম্না অকিবা অ৬কপা ওইহনখি। মীপুম খুদংনা মাবু খাগৎনখি। মহুদা ঐনা অর্জ্জুনবু শি৬নখি। ৬াইখো পাণ্ডবগী য়াইমা! ন৬গী মিত্রং খরা অহুদা মীশিংনা ৬ক্লরে অহবু ঐদি ৬ক্লা খোক্তে। নহাক্লা ঐগী লিক্লংগী বিদ্যা অসি য়েংজখো। খুহুম চেৎনা ন৬গী লিক্লং অহ পায়খৎলু। রাফম অসিদা মীনা লাকচখিবা য়াব্রবা মথৌনা মরিংজেল ফরবা অর্জ্জুন মখা চিক্লা মমাই নৈশিনলকখি। লাম্বাগীদমক শেম শারকই।

কুন্তী— শেম শারখি, ইমাম্ব উখি। অহবু নখোয় অনিগী মরক্তা লেপতুনা নখোয় অনিমক নচিন ননাওনি খৎনবা য়াদে হায়না খামজিনবা ৬মখিত্রে। আচার্য্যনা লেপখি নবানিগী মরক খায়না অহুপা হ৬খি।

আচার্য্য - হায়য়ু ! পাখণ্ড নচেনা ক্ষত্রিয়াশিংগা নাইতোম তাবা লাম্বা তৌবা তারবদি শাগৈ জাং ১দি নওগী পারী পুরী শেংনা হায়য়ু অপোকপা কনানো ? শাগৈ জাং অতোন-বগা ক্ষেত্রিয়াশিংগা লাম্বা য়াদে।

কুন্তী — ইমাগী ইবুংঙো নচেনা রাহংশিদা লণ্ডলবা মাইথোংনা মঙান নাইরম্বদো মুশুক মূনা কাহংখি, অরা নুংঙাইতবনা নুংশুক নুংজাননা লেপখি। চাংয়েংনিংনা চোংথোরক-পদা হন্থবা মীংয়েং অমনা য়েংথরকপদা নখুং নশা থেকনা খাণ্ডবা নত্তনা উপায় লৈখিদে, লৈখিদে। পিনা থুক্সাংখ্রবা মিংয়াসিনা কুইনা য়েংবা ঙমখিদে, কাইরবা মশুং থোক্লবা থম্মোইসে পুঙমখিদে, জ্ঞান য়াওদনা উকুল্লক্কা তাখিবনি।

কর্ণ ইমা মতমম্নুদা, ইমাইসিনা নোংথক্লোমদা য়েং রাখলনা নন্থরবা লেংঙম শাঙমদ্রবা অমা ওইনা লেপলিবৈদা দুর্যোধননা দুশাশনবু থাজিল্লক্কুনা য়াম্না ইকাই খুম্মনা কৌশিনবিরক্কুনা মরুপ শান্নখি। ঐবু অঙ্গদেশকি মপুনি হায়না লাওথোকপগা লোয়ননা কোকথকসিদা ঈশিং হৈথুনা রাজ অভিশেক তৌখি, সিংহাসনদা ঐবু ফমহনখি। ইমা অস্থুম্নে দুর্যোননা ঐবু শাথিরবা লিচিং ১দা চিংশিনখি, মাগীদমক থরাইসি কর্থখি। অদুগা অস্থুম্নস্থ রাশকথোক্লুরে মাংদগী পাণ্ডব পার্থ-শিবু হাংকনি। ইমা নুমিংসিদগী কৌরব পাণ্ডব তোখাই-২ নাকপাক তানখ্রে নত্রা ? পাণ্ডপশিংনস্থ

খুবাক খুড়ুনা হৌনা নোকখি—"হুই নংনস্থ ক্ষেত্রিয়গী চাংলুক্কা ক্ষমগে তৌরম্বা শাই"—তাশোন্না থিনখিবনি থম্মোইশিদা। হে ইমা নিংঙমদেদকো অদুগুম্বা মতম অদুদা নঙনা ৺চা অনিগী মরক থাইনা লেপ্পুনা ঙসিগী অম্বুন্না নচাদা থৌজানবিরম্লবদি থোকখ্রিবা থৌদোক-শিং অদু থোক্লমলোইদকো। ইমা! নংগী থম্মোই অসি কনমল্লি; থোংলবা নুপীশিংগা থম্মোইদি নুংগুম কল্লি হায়বদু তশেংলে। অদুগুম্বা সভা অদুদা ইনাও মঙাবু অদুম্না কৌরবশংনা লাকচবা অঢবু এনা ইনাওনি হায়না খঙজরম্লবদি মতিক লৈগদ্রনে? হৌজিক্কি পুম্নমক হৌখ্রে, লাকচৈ হায়না খুৎ থেকচবদা মঙাইরে। নচানা ইমাগী ননিং থুংনবা হন্দক্কী লাঞ্জাও অসিদা ইনাও-শিংগী মীচংদা লেপ্পা ঙমদ্রবস্থু ইনাওশিং জয় ওইনবা লাল্লমদি শোইদনা শিনগনি। রাজরক্লবা ইনাওশিংবু হাত্তুনা ইমা নঙবু ঙৌননবা থৌরাংদো নচা কর্ণনা অমুক তৌজররোই হায়না নমাঙদা ঙসি রাশকচরিবা অসিনি; (যাম্না নিংঙমদনা)—হে অকনবা পোকপী! কল্লবা ভীম, লৌরি হৈরবা অর্জ্জুন ইমানা পোকপনি, অদুগস্থু মথক্কা নচা কর্ণ ঐনি. ইনাও মঙা, কর্ণ ঐগা ঐখোয় তরুক্কা নাকপাক অমদা লেপখ্রবদা জগৎনা নাম্মা লেপখ্রবস্থু করি কিক্ষম লৈবগে পুম্নমক অসি ঙাংজবদা মঙাইরেদকো? কল্লকখ্রেদা ইমা। ইমা

নঙনা খিতং থম্মোই কনমনখিবনা অসিগুম্বা নচাগী নিংঙমদবা অসি থোকখিবনিদকো।

ন্তী — ইমাগী কর্ণ ইমা খাঙবা ঙম্লক্তরে। ইমাগী খাংহৈবগী পাঙ্গল তেকখ্রে। ইমাবু নঙনা অমুক ব্রাহ্মণগন্থু, নঙনা ননাও ৫গী মীচংদা লেপ্লু, ময়াব্রবদি ইমানা নফমদা ভিক্ষা অমতং নিগে, নংনা ভিক্ষা অসি হাপ্লিগদ্রা ?

র্ণ — ইমা ঐনা ইথুং অনি লোন্নরতুনা হায়জরি, হৌজিক নচাগী নিংবা পুন্নমক থুংজরে, নচানা মতম কুয়না নিংজরকপগী মহৈ ঙসি য়াল্লে, নচাগী ইঙক অসি ককতুনা ইনাও মঙাগী মঙ্গলগীদমক ভিক্ষা দান কচ্চৌ তাকপিরবস্থু নচানা চিঙনদনা কচ্চবা ঙমজরগনি। চিংনবা লৈতনা ইমানা নিবিনিংবা ভিক্ষা অহু নচাগী মফমদা তাকপিয়ু, কচ্চগে।

ন্তী — (মথন্তা) ঐবু থয়দোক্লগদ্রনে, ওহো ওন্থোকইদকো ইচাসিগী মরাইবক, মসিমক হায়বা ঙম্লবদি ঐ মমা নত্রে—ঐ মমা ওইবগী পুকচেল চেলদ্রে—ঐ ঙম্মরোই ঐ ঙম্মরোই (কপ্পা)।

র্ণ — করি তৌরে অপোকপী তুমিন্না মুকুম মুকুম শোন্দুনা লৈরবদি নচাদা তাকপিনিংবদো তাকপিরোগবা ইমা, ঙসিদি নচানা লৎনগদবা করিস্থু লৈত্রে, ইমা ঙসিদি নচাগী মতম কয়াগী মংলান্দো মংফাওহনবিরবা নত্রনে।

কুন্তী - ইমাগী নুংশিরবা নহাক্না হন্দক্কী 'লানফমদা ননাও মঙাগী মীচংদা লেপপূ ময়প্রবদি ইমানা নশক য়েংবগুম য়েংজহৌগে নঙগী য়েৎথংবা নখুৎকী খুদোঙ্গী অদুদদি ইমাদা ভিক্ষা ওইনা পিনৌ অদুগা লোয়নননা ননাও মঙা হাৎনবা তেন মঙা নঙগী নফমদা লৈরে হায়না তাই, হায়রিবা তেন মঙা অদুগা ইমাদা ভিক্ষা দান পিনৌ।

কর্ণ — ইমা হায়রিবা তেন মঙা অদুদি অন্ত পুরদা লৈহৌরি। ইমানা নচাবু চামবদনা ংসি নচাগী কোন্নুংদা লেংসিনবিরকসি, নশুশিং নমৌশিং পূন্নমকপু আশীর্বাদ পিনবিরম্মু। চিংনবিগনু ইমা নচানা ইমাগী নিংবা থুংলনা ইনাওশিংগী য়াইফনবা শিঙ্গান। হে ইমা সে নচানা ঙসি ইমাগী নফমদা থরাইগা মান্নরবা ঐগী খুদোঙ্গা অসি চিংনবা লৈতনা কচ্চরবনি। মতম পুম্নদা মসি ইমাগী নফমদা চোকশিন্না থঙ্গীহুনা নচানা ইমাগী সেবা তৌজবা শকহনবিয়ু। হে লাইবক থিরবী! কল্লবা নচা তরুক লৈনা অরাবনা নশরুক ওইরবী। হন্দক্কী কুরুগী লাঙ্গাও অসিদা নচা মঙানা শোয়দনা মঙ্গল ওইরগনি হায়বসি নফমদা কচ্চরিবা নচাগী খুদোঙ্গী অসিনা লেংদ্রবা সাক্ষিনি।

কুন্তী — ইমাগী ইবুংঙো কর্ণ ইমানা নফমদা মেঙ্গগদবা রাফম অমনা ননাওশিং অহু মপী লৈরব্রা যণাওনি; পিক্রা

উল নঙলবা মপোকৈঙগী ন্নুংঙাইবা ফংলক্কু বা ঙাক্কনি। করিগুম্বা নঙগা মায়োক্কবা লানফমদা হাংপা মতারবদা ননাওনি থম্দুনা হাইগংলবা থাং অহু হায়থন্নুনা অর্জ্জুন নত্তুনা ননাওশিং অইকগী মথৱাই কল্লকউকো বৈকর্ত্তন। অর্জ্জুনত্তদি নঙগী মায়োক্কবা লানফমদা ক্ষেত্রি ধর্ম্মগী ধর্ম্মযুদ্ধ অংদা নখোয়গী শক্তি পুম্বমক শিজিন্নজৌ।

চর্ণ — ইমানা থাকপিবা নয়াথং নচানা কৈদৌঙৈদস্থু লৈপাক্কো তাহনজরোই।

সু.শ্রী — ইমাগী ইবুংঙো নঙ দজ কনা হায়নবা দানবীর দাতা কর্ণ হায়বত্থুমক তশেংলে, নঙগী নফমদা ঐনা মাইথিরে। নঙগী নমিংদি তাইবংপানবনা হেক লৈরিবমখৈ মুংলরোই।

কর্ণ — মসবু কয়াম চাওবা থৌনোনে ইমা, মচানা মমাগী লমনবু শিংবা ঙম্বা হায়বসবু ওইথোকপরনে নচাদি লাইবক ফরে পোকপগী মহৈ য়ানজরে, অপোকপী ইমাগী সেবা মিকুপ অমতা ওইরবস্থু ফংজরে।

(হরাওনা নোকচবা)

লেঙখৎলসি ইমা রথকী থকসিদা, অন্তপুরদা লেঙশিনশি

(রথগাড়ী চংখিবগী মখোল)

— — —

# কর্ণগী মমা

## তগুবা মতাং

মফম - অঙ্গদেশকী কোনুং

মতম, ফিভম - নুমিৎ থোরকথ্রবা.

( রথ থোঙ্জিনলকপগী খোঞ্জেল )

কর্ণ— (য়াম্না হরাও শয়াম খোঞ্জেলদা মাগী রাণী পদ্মাবতী কৌরকই ) পদ্মা-পদ্মাবতী। থোরকলো লাকলো নচাশিং পুন্নমক্কা লোয়ননা।

পদ্মা— ( মনুংদগী ) মহারাজ, বৃষকেতু, বৃষসেন, লাও শাবুং কৌরি। (চেন্থোরকপগী মখোল )

কর্ণ— করিগী ওক্লা য়েংলি কর্ণগী মমা, মহাসতী কুন্তীগী মখোং শোক্লা খুক্লমলোয়াও—লাও বৃষকেতু, বৃষসেন নবেনধোগী খুয়াদা নকোক নোম্না খুরমলোয়াও। ইমা রথ মথক্তগী লেংথবিসি, নমো অমদি নশুশিংবু চেজেংনা কোনবিয়ো।

পদ্মা— ইমা ননাই ঐখোয়না খুক্লমজরি ইমা।

কুন্তী  ইনেমগী ইবেম্মা লাও চংলকউ ইনেম কোংগে লাউ ইবেনগী নুংশিরবা অনি চংশিনলকউ, ইবেন কোংগে লাও। ( কোনবিবা )

কর্ণ—  তাও রাগী মমা! কর্ণ কনানো। শূদ্র মচানি হাইদনা থজনরবা, অদুবু কর্ণনা শূদ্র মচা অশেংবরা হায়বসি পুন্সিগী হৌদুনা লাকখিবনি হৌখ্রে ঙাম্মা। পাওখুম পীরক্কুবনি কনামণ্ডনা, থম্মোইগী মরোল থোক্কুবা নুংনাংবা রাইংগী পাওখুম অথাংবনা প্রতিধ্বনি তৌ-রকখি—হৌদ্রে কর্ণ হৌখ্রে লোংমদি অশেংবা পাওখুম খুম্মীরকখিগনি, অদুম্মক হৌদ্রে। পদ্মা অদুনা ঐনা হৌদুনা লাকখিবনি কনা খঙহন্দনা কনা উহন্দনা লোম্না ঐগী অশেংবা শক্তমবু পোক্নল নিরকখিবনি, য়েংঙোই পদ্মা মালেমবু মঙাল পিনবিবা কোরৌ হনবা মাগী মফমদা নোংঙাননগদবা পুং ১ রাংলৈদ্রেদগী গঙ্গাগী ঈরোম্বুংদা স্নান তৌজরগা কশ্যপ মুনিগী মপারি সূর্য্যদেব মাগী মফমদা কপ্পা পাওহংসি হঙখিবনি ঐগী ইমা কনানো? ঐগী ইপা কনানো? ঐবু শূদ্র নিংথৌ অধিরথ মচা অশেংব্রনে? অওইবরা রাধাগী শিয়োয়নুংদা শাংপা, অশেংবরা ঐসিবু। কোরৌহনবা মানা মালেম খিঙ্গারকপদা মোমোন্ত মনোকপী পাওখুমদি পিখিদবনি মাগী মোমোন নোকপা নুংশিবগী ঈঙ্গং

অতুদা ঐস্থু খুম্বাৱকশিগনি হন্দুনা নিতিগী হঙহুনা লাকখিবনিনে ঙসিফাওবা।

পদ্মা— মহারাজ ঙসি মাইথোং অতুনা তাকপিৱে পাওখুম ফংবিৱে। করম্না পাওখুম ফংবিৱে মহারাজ?

কর্ণ— ফংলে, পাণ্ডুপকী মমা মহাসতী কুন্তী কর্ণ ঐগীস্তু ইমানি। ঙসিদা থংলে অম্মুক কুইনা মোমোন্ত লোক্কুনা পাওখুমদি পিদনা লাকখিবা কোৱৌহনবা মানা কর্ণ ঐবু পোকপিবা ইপানি। মসিগী ৱহস্যসে য়াংগা খুপথ্রবা ৱাক্কমনি. নৈনা নক্কমদা কোম্না হপ্পা লিগনি। হৌজিক্কু ইমাগী নিংবা থুংনবা সেবা। ইমা আসন্দা লেংশিনবিয়ু।

পদ্মা— লেংশিনবিৱসি ইমা আসন্দা নচাশিংনা ঙমজবা সেবা হৱদঃ তৌজবা ফংহনবিয়ু।

কুন্তী— ইনেম পেল্লে। ইনেমগী থম্মোইসে পেল্লে, ঐবু ৱাৱৌগন্নুকো ইবেম্মা মতম কুয়না লোৎলুৱে হায়তুনা। ঐদি ৱাহংতে হংক্কম ওইগদবনি অতুগা পাওখুমদি পিজবা ঙমজদবা ফৱে ইনেমগী ইবেম্মা মতম কুইনা নপুৱোইবগী চাকহেনজবী ওইতুনা নুপী ওইবীগী কিদম্নকম ওইবীদু লেপনমক ওইয়ু মক্কুবী মমা অমা ওইয়ু।

পদ্মা— ইমা পুম্নমক্কু নঙগী থোজালতনা ওইজবা ঙমজগে।

কর্ণ— ইমা নচানা ইমাগীনিংবা থুংবগী মীনোক্তু উজরগনি লুংঙোক্টহরি। মিংকুপ খরদা ওইরবস্মু তোল্লবগী ইরান-য়াইশিদা নঙনা খোংদোয়বিরকপা ঐগীদি পোকপগী মহৈ যানভরবনি, ইমা ঙসিদি ঐগী অরাংপা অমা অমুক লৈখরে, পুক্লিংগী অংঙ্গা লোয়না কোকখরে। লুংঙোক্তরে ঐগী লুংঙাইতনগী পাংখৈ থেঙলে (হরাওনা) ইমা ঐমক নাইবক কর্বাসিবু ভগওা কনা অমা লৈখিনগেনে ?

কুন্তী— ইমাগা নুংঙাইনা নংদি খুংশোমজনা তুকৎপিরবা নংগী তোল্লবমচাগী মৈরিবু বল্লকপনা লাঙ্গোয় চনশিনবিরবা নুপানি, এ মশাগ নহাক্তদি অশেংবা বীরনি। নুপা খোকপদি নঙ্গনি, ইমাগী লুংশিবা নঙগী নমনদি মমা ওইবা এনা তোল্লবনিনে।

কর্ণ— রাজমচুমক ইমানা হায়বদা পকচদে, অমুক হন্না হায়-বিরগনু মীওইবা কনাবু মনিং থুংবা ঙম্বা লৈবগে, পুম্নমক অরাংপা অমমম লৈনবা ঙাক্তনি নত্রা? মতম অমদা লৈরম্মী; ইহাং হাংনবা লৈরমলবোই নিংলম্মী তরং অমদা তাওরম্মী: অহুবু ঙসিদি তাওদ্রে, তাইবংদা লৈররে। ঐগী পুন্সিগী মহৈ অহু য়াল্লে, পুম্নমক অসে ইমা নঙগী নপালনমি, ইমা নঙনা তোল্লবা কর্ণবু নচা ওইনা পোকপিরমচুনা কন-থোরবা, জগৎনা কিন-রবা পাণ্ডব ৫গী ময়াম্বা অমা ওইজবা ঃম্নমলিবসিনি,

মসিবু তশেং তশেংবা রাক্ষস অমা ওইদ্রবরনে ইমা ৬সিদি ইমা, নচাগী অশাকপা লৈজররোই, নঙনা চিন্তাগী পোংলুম পূনিংঙাই মরম লৈত্রে। লৌবিয়ু ইমা নচানা ইমাগী চরন্দা ইনাও ৫গী মৃত্যু স্বর অসি কচ্চরবনি লৌশিনবিরো মতম অমদা খংঙমদবনা মনাও হাংগগী পাপ অমা লঙশিন্নবা তোল্লবা কর্ণনা থৌরাংলুরে। মতম কুইনা অচেৎপা রাশক অমগা লোয়ননা পূজা তৌহনা থম্লরে। অংবু ঙসিদি খঙলে অমুক ঐঙোন্দা থস্বগী কান্নবহ্ লৈত্রে, ইমা ঐ পাপ অমুক লংশিনলরোই মনাওশিংবু নুংশিবা খঙদবহ্ ওইররোই ঐবু ঙাকপীয়ু ইমা, ঐবু থৌজানবিয়ু ইমা নঙগী থৌজালনা ময়াম্বা অমা ওইবগী নুংশিবগী ঈচেল অত্তু তমথিরবা কর্ণ ঐগী থম্মোইনুংশিদা প-থোক্না চেনশিনবিহল্লকউ।

কুন্তী— মহারথী ননাও ৫ হাংনবা খুংলাই অসি ইমানা অমমম ওইনা মশক খঙনা লৌগে, নহাক্না তেনশিং অসিবু মশক তাকউ।

কর্ণ— (মখুং লোম্নহনা) য়েংবিয়ু ইমা কাঙঙগী মচিন মানবা তেন অসিনা ঐগী ইনাও যুধিষ্ঠির হাংনবা তেন্নি। অহুগা মচিন থাবুং শাবা তেন অহুনা ইনাও বৃকোদর ভীমবু হাংনবা তেন্নি। অহুমশুবা তেন মচিন্না কাতি মচিন শাবা অসিনা ঐগী ইনাও পার্থ অর্জ্জুন হাংননবা

তেন্নি। মরিশুবা তেন, লাংজা মচিন মানবা অসিনা নুংশিরবা ইনাও নকুলবু হাংনবা খুংলাইনি অদুগা মঙাশুবা তেন নোংশাগী ময়া মানবা তেন অসিনা ইতোন তোনবা ইনাও সহদেববু হাংনবনি। ঐনা মতম অমদা ইনাওনি হায়বা খংজরুদবনা মাঙনবগী মশক ওইরবা থোরাং অসি তৌকবনি ঙসিদি অহুগুম্বা পাপকী রাখল অদু লৈত্রে, ইমা নহাক্কী খুয়াদা ইনাও ৫গী মথরাইশিং অসি কচ্চরবনি। ঐগী লাল্লুরবা রাখলবু ঙাকপিয়ু।

কুন্তী— ইমাগী কর্ণ! সে লৌসে ননাও অর্জুন হাংননবা তেন অসি. ঙসি ইমানা থম্মোয় শেংনা হায়রি মহুদি হন্দক্কী কুরুকগী লান্দা নচিন ননাও অনি লাম্বানবদা জয় পরাজয় য়েংনজো অহুগুম্বা লানফমদা ননাও অর্জুনবু নঙনা হাংপদা ইমা কপগ্রোই। অর্জুনগী মখুত্তা শিবা থোক্লবস্থু ইমা কপগ্রোই। সে ইমাগী নুংশিরবা তেন অসি ইমানা নফমদা হল্লবনি। তৌরিবা থোদো অসিদনে নঙনা ইমাবু মীচং মীখাই নাইরে হায়না রারৌগনুকো।

কর্ণ— (মখুং লোন্নরগা) নুংশিরবী ইমা নচাদি হন্দক্কী লানফম অসিদগী হল্লক্লুনা ইমাগী সেবা তৌজরগনি হায়বা থাজদ্রে; হৌখিবা পুন্সি অসিমস্থু সেবা ফংজবদি লাই-রদুনা নুংশিরবী নহাক্কী চেংলৌ অদু ফাওবা খঙজ-

রক্তুবনি; অহুবু ভসিদি লাইবক যবনা উজবা ফং-জরে, এগী পুন্সি অসিবু মতে য়ানহল্লে। ভসিদি ইমাগী চরন্দা নশু ভাতোঙ্গা বষকেতু শিন্নজরমগে মতাগা মতম পুম্বদা ইমাগী অমদ মথুরাশিংগী সেবা তৌভ-সন্নু, মহুমক্তনা নচানা ইমাগী সেবা তৌবা শকচগে। ইপাগী ইবুংঙো বৃষকেতু লাও নপুজেং অহু পায়হন্না ইপানা নবেনগী মফমদা শিন্নরমনগে লুংঙাইত য়াম্না ব্রানা ইমা নশুসে ভসিদগী ইমাগী মথুঙা শিন্নচরে। ইবুংঙো ইপাগী বৃষকেতু নবেনগী মতুং ইল্লু, ইপানা লাইবক থিবনা তৌবা চন্নকখিদনা সেবা নৱাউবক ফবা নইনি, মঙনা থম্মোই শেংনা সেবা তৌহনা ইমায় পেলহনলকউকো। ইমা এগী থুংশিরবা ইনাও নন কর্ণ এবু ময়াঙ্গনিহায়না থঙবিরক্লবা মতমদা মখোয়গী থম্মোয় পুঙক্লরুবা অমদি নিংঙমদবা মৈনা চাকুন ব্রারহুনা ইমাবু মখোয়না নিন্দা তৌরখিনি মতম অদুদা নশু অসি মখোয় মখোয়গী থম্মোয়দা কোনতক্লুকো মসিমক্লা মখোয়গী মৈশা অহু থরগী মখৈদি কোকসন্নু।

(নিংঙমদনা কপ্পা)

কুন্তী — ইবেনগী নুংশিবা লাও ইবেনগী লাইর খাংপোক যম প্রসাদদা লৈরুরসি। নপাবুংগী কোনুং নুংঙাইবা থাদো-তুনা ইবেনগী লাইর খাংপোক অদুদা রামিন্নরুরসি।

কর্ণ - ইমাদা মেঞ্জগদবা অমনা ইনাও যুধিষ্ঠির, পাণ্ডব অতৈদা কর্ণ অসি মখোয়গী ময়াম্বনি হায়বসি কর্ণনা মৈতাম্না রাখৈদ্রি ফাওবা ফোংদোকপিরুখিনু। ফোংদোক্লবা থোক্লবদি ঐগী ইনাও যুধিষ্ঠিরনা নিংথৌ ওইবগী সিংহাসন্দা ফম্মু হায়বা য়ারোই। ময়াম্বা নিংলবা পাণ্ডবনা পুম্নমক কর্ণ ঐঙোন্দা শিন্নহুনা নিংথৌ খুভম থিন্দোরক্নি। কর্ণদি অঙ্গদেশকি সিংহাসন্দা চহি ২৫ চুপ্পা নিংথৌ ওইরক্লবনি। কর্ণনা পাণ্ডবকি পুন্সিবু নুংশিজে, ময়াম্বদা মনাওদা চৎকদবা লিচৎকি শেংলবা আদর্শ লৈরবা যুধিষ্ঠির অমদি পাণ্ডবনি, মহুগী খুদোংচাবা অহুদা কর্ণগী অধিকার থমজনিংদেনে ইমা, মসিতদি ইমানা থোজানবিয়ু। রাজরক্লবা ইনাও মঙানা ভারত ভুমিগী মপু ওইহুনা পানবহনা কর্ণ ঐগী অপেনবা ওইজরগে ইমা।

কুন্তী - ইমাগী ইচুংঙো কর্ণ ইমাবু করম্না থাঙলসিগেনে কর্ণ।



# কর্ণগী মমা

## ৪শুবা উংপা

দুর্যোধন সিংহাসনদা ফমলি। কর্ণনচিংবা সোভাসদশিং লৈরি। নাটক্কীশিংগা জগোই শারি। মতুংদা ভীষ্মদেব চংলকই।

ভীষ্ম— লেংশিনবিয়ু পুম্নমক, দুর্যোধন তারিবরা নবুধো দৈগী রাকম অসি !

দুর্যোধন— তাকপিগনি কুরু কুলগী পুজা ভৌজনফম ওইরবা ঐগী ইবুধো ইবুংঙো !

ভীষ্ম— সিনি ঐনা হায়নিংলিবদি হন্দক্কী কুরুগী লাঞ্জাও অসিদা ভারতকী বীর পুরুষ পুম্নমক তুম্লগনি। ভারতকী মপুরোইবা মাংজরবী নুপী কয়াগী মরাইবক্তগী সিন্দুর মুথংনরন। শাগৈ অসি ইংফম লৈররোই। মচা মাংজরবা মম কয়াগী মিকপ থোকনা ত্রা-হৈবা উমদবমথৈ নোংমদোল ফাওনা নিল্লরগনি পুম্নমক অসি থোক্তনবা পাণ্ডব শখা শ্রীভগবান কৃষ্ণ লেংলক্রি। মহাক্না কুরু পাণ্ডপকী য়াইফনবা শিল্লগনি নিংই। মফমদা পাণ্ডবকী শরুক, লৈবাক মগা পিথোকপ্রবদি পুম্নমক ফরবনি। মরম অসিনা পাণ্ডবকী মরৈবাক হনবিথিনবা প্রস্তাব নবুধোনা ঐনা তৌরি নিংথৌ, মসিদা করিনো নঙনা হায়গদবা।

দুর্য্যোধন — করি খুমজগনি ইবুধৌ ইবুংঙো নশুনা হেন্না কুরু-বংশদা কলঙ্কগী কালি তৈহনজনিংদে। মাংনবগী মশক ওইরবা মীহাংপগী মহায়ঙ্গ ওসি লিংখৎচনিংদে। অঙুবু ঐগী পূরুংদা পাণ্ডবকী মথক্কা পেন্দবা লৈরি মসিবু হৎলমদ্রবদ তৌজরম্লোইদবনি। মতুংসে পাণ্ডবনা লিংখৎহনবনি ইবুধৌনা খংবীরোই।

দ্রোণ — অহুদি ঐগী প্রস্তাব অসিদা নঙগী করিস্থু তায়জনিংঙ্রাই লৈত্রে, শোগৎনিংঙ্রাইস্থু লৈতে। নঙোন্দা নচিন-ননাওশী মুংশিবগী প্রেম লৈত্রে। অহুদি তায়স্থু, খুম্মু নহাক লান পাম্মী।

দুর্য্যোধন — নশুবু করম খুমদৌগে? মীরোল হেক খাংলক-পদগী পাণ্ডবকা তেমশিংনরকপনি। ভূমিগী মালেম অসিদা পাণ্ডবগী খোঙ্গুল মুংথংনবা হোংনরকপনি। রাঙাং খোন্দা থিবা অকনবনি হায়না নাপল তৌবা ভীম মহাক্কা য়ৈবিবা লাক্লবীবমক্তনা ইনাও ৯৯ নাও-শোন্নবনি ইবুধৌ করিগী খতবিদে। হৈপালদা হৈ হেকউ হাইনা ইনাওশিংবু কাহল্লগা হৈখোংদা ভীম মানা খোংপাক্লা কাওহনা ইনাওশিংবু উথকতগী তা-হন্দুনা মখোং মখুৎ তেকহনবনি ঈশিংদা ইরোইহনা শান্নরগা ইনাওশিং ঈশিংদা নমশিন্দুনা ইরাকনহল্লগা হাংকে মতাগুম লাক্লবা ভীমনি। উপাই লৈত্রবা ঐহাক্লা ভীমবু হু পিজহুনা হাংকে লাক্লরুবনি মহু

ফাওবা শিদ্রে। য়ৈর য়ৈরগা মঙাল চাওখৎলকপ মঙাল চাওরবা পাণ্ডপপু বারনাবোংকী চাশঙগী মৈনুংদা লংশিনবা,,শিদবা। থোইদোক্লা পঞ্চাল রাজ-কুমারী দ্রৌপদীবু লক্ষ্য ককচুনা লুহোংখিবা, পাণ্ডপপু বন্দা থাখিবা পুম্নমকাসগী মতুংদা তৃজিক লান তৌর তারে হুজিক তুন্দুভী য়ৈংদবদা মঙাইরে লানগী। মসিদা দুর্য্যোধনা তৌক্লবদি দুর্য্যোধনবু পাংদবনি হায়দনা তাইবঙুনা। খুবাক খুনফিরেক্লিদ্রা?

ভীষ্ম— অহুদি পাশখেলা অমুদা খানখিবা পোন্ত। অহুদি পাণ্ডব পাংথোকচরেদনা! চহি ১২ বন্দা চৎপা, চহি ভ... লোংপা, মরৈবাক হনবিখিবা য়ারেদনা?

কর্ণ— য়াদ্রি ইবুধৌ! পাণ্ডপ অমুক হন্না বন্দা চংশি... তাই অমুক হন্না লোংখিবা তাই।

ভীষ্ম— মহু এ্রী ঙক্লা থোক্লে বৈকতুন?

কর্ণ— ঙকপীগনু ইবুধৌ ঙকপীগনু! পাণ্ডবনা চহি অম লোংলিডৈদা কনাগুম্বনা উরবদি পাণ্ডব অমুকহন্না বন্দা চৎকদবনি অমুকস্তু লোংখিগদবনি।

ভীম— অহুবু উবা ফংগ্রেবরাও?

দুর্য্যোধন— ফংগ্রেদনা ইবুধৌ

ভীষ্ম— কদাইদা কুরুপতি!

দুর্য্যোধন— ইবুধৌনা কাওবিরবননি বিরাটকী ষণ খোম্বদা অর্জ্জুন মানা মহাক্কী শাফি লানফি স্থুনা শেৎতুনা

মখুত্তা গান্দীব পাইদুনা মঙাল চাওনা ঐ অর্জুনী হায়বা তাকুনা চাংথোক্লকুগা কুরু তেঙ্গোলবু নৈথিবদো মসিদবু মখোয়না বন্দা অমুক চৎপা চহি ১ লোৎলোই-দৌরিবরনে ইবুধৌ ?

ভীষ্ম — মতাং অদুদদি ফোংদোকপা য়াবেনা চহি হেল্লে। থা ১গা থুমিং ১০নি চংজংনা হায়নখিবা মতমদগী হেল্লে।

কর্ণ — মতুদি ইবুধৌনা পাণ্ডবগী মিচং চংবীবগী য়ানি।

ভীষ্ম — কর্ণ নঙ অশুবগা য়া ঙাংবা তাই। ভীষ্মনা কুরু পাণ্ডবগা মিচং মীখাই নাইদে। অদুনা নখোইনা থোকপা লৌজসনু হায়দুনা লাক্লিবনি ঙসিফাওবদা। নত্রবদনু ভীমবু ঙ পিজদুনা কাংকে থৌরাংলুবা দুর্যোধন, কুরুগী কেশুমশংদা করিগী লৈরোই, ধৃষ্টরাষ্ট্র মপা মচা লৌতুনদুনা পাণ্ডবপু বারনাবোঙ মৈরক্তা লাংশিনবা মতুংদা খঙলকপা, ভীষ্মনা পাণ্ডপতা তোংদুনা অস্ত্র শুঙ দোনগা লোইননা দুর্যোধনবু মপুঙ্গি লোই-হনবদা কর্ণ কনবা ঙমগদ্রা ? ভীষ্মনা মিচং মীখাই নাইদে। কুরু পাণ্ডব ইশু ঙাক্তনি। মখোই মুং-ঙাইজসনু হায়বগী প্রস্তাবনি ঐনা তৌরিবসে।

কর্ণ — ইবুধৌ, কর্ণসু বিবেক লৈজে য়াখল লৈজে অচুম চুমদগী কালা পাইবা ঙমজে। ঐজ্ঞাবাসকি চহি শুসনু মতম অদুদা পাণ্ডব ফোংলে হায়বগী ঘোষনা তৌদ্রি। মতম অদু পাণ্ডব বিরাটতা কোংদ্রি। নশুনা

হায়জরিবসিগী মতিকচাবা প্রমানদি বিরাট সণখোঙ্গা লানফমগী মতুংদা পাণ্ডবনা বিরাট ফোংলে হায়না ঘোষনা তৌখ্রিবা অহনি।

ভীষ্ম— মসিগী ন্যায় অসিদা ন্যায় ওইড়ুনা পাণ্ডবপু বন্দা চৎকদবনি হায়না মরাল শিরিবা মতুদি ভীষ্ম ঐ অহল ওইরবনি অহবু ঐ লুতোংদি অতুনা ঐ পাখংনি ইউল খুন্দ্রে হায়খিগদ্রা ?

দুর্য্যোধন—সুপশোই শোইদ্রবনি ইবুধো।

ভীষ্ম— মখোয়গী মরেবাক সুকপী পীররোই ?

দুর্য্যোধন—সুকপা পীররোই "য়েত্তুম মতোন্দা পকপা লৈপাক ফাওবা পীররোই লান তৌদনা"।

ভীষ্ম— য়াম্না নাপল তৌইনা।

দুর্যোধন—নাপল নত্তে ইবুধো! কুরু শাগৈগী সনমান ঙাক্লনবনি।

ভীষ্ম— পাণ্ডবপূ কিদে ? ভীম্না ক্রিম্মির, বক, হিরম্বা, রাক্ষস হাৎপনি অদেগী হেন্দোক্লুনা কিচক সেনাপতি হাৎখিবা নখোয় তাই অর্জ্জুনা খাণ্ডবন মৈ থাবা চিত্ররথ গন্ধর্ব্ব ঙম্বা থোইদোকনা নিপাতকবচর কৌবা কাল-কেয়শিংগী নিংথৌ ইন্দ্ররাজমক্তা কিবনা থক থক নিকখিবা মহাক্তু হাৎখিবা নখোয় তাই।

দুর্য্যোধন—তাজৈ ইবুধো তাজৈ, অমত্ত চিংথদনা তাজৈ।

ভীষ্ম— করি খুংলাইনা হাৎখিবনি হায়নদি তাই ?

দুর্য্যোধন—ইবুধৌ অস্মুগ্না নশুবু কিহনবিগনু।

ভীষ্ম— কীহনবগী রা নর্ত্তে দুর্যোধন ! নং রাখল লিংদ্রে, নং ভাওরে নংগী অভাওবা লমজিং অসিগী মথাদা পুম্নমক উং ওনগদৌরি; হন্দক অর্জ্জুন্না লমহেল্লবা দৈত্য নিংথৌ কালকেয়শিং অদুবু কাংখিবদো চুম্না কাংপা নত্তু উং ওলহনখিবনি তাঙ্গোয় তাহনখিবনি। অর্জ্জুন বীরনি, মহাদেবগা লোইননা নুমিং তরেংনিগী মল্ল যুদ্ধদা পোনবীরবা পশুপতি মহাদেবনা মাগী মফমদা পাশুপাত কৌবা তাইবংবু উং ওলহনবা ভস্না খুংলাই অসি পিখিবনি। পাশুপাত পায়রিবা অর্জ্জুন্না কুরু অমদি অক্ষৌহীনি তেঙ্গোল ১১বু উং ওলহনবদা করি ভকনিংঙাই লৈ।

(মীয়ামগী খোঞ্জেল তারকই মাংলেদনা অদুদি মাংলে, অকিবগী খোঞ্জেল হৌরকই)।

কর্ণ— করিগী কিরি ঙাইখো, তপথখো, অর্জুনগী লাম্না কর্ণ লৈরি, কর্ণ লৈরিদুদা অর্জ্জুন চাম চাম শাকসনু করি-অমতা কীনিঙাই লৈতে।

ভীষ্ম— (করেম্মনা ইশি শিনা নোকই) কর্ণ নঙবু রাধেয় হায়নে, নঙ রাধানা পোকপা সুত নিংথৌ অধিরথকী মচানি। নঙ নাপল তৌইনে শুদ্রবগী মমাংদদি নাপল অহ তৌজো অথংবা ভীষ্মগী মমাংদদি হায়-

গনু। ইন্দ্রকুনিনে বিরাটগী লানফমদা কাইহুনা চেল্লক-
পদো অহুগা নগু ইন্দ্রকী বুকুগী লানফম অসিদদি
মতিক স্তুকচা চাত্রবনি।

দুর্য্যোধন—ইবুধো অসুম্মা মীত্তোপ অমবু ঃমু মৈথেকপীগনু
নগুদবুদি নগুনিদনা।

ভীষ্ম— মমু মৈথেকপগী রাফম নত্তে রাহু কোম্না হাংগে
অর্জ্জুন কনানো হান্না শায়খিগে অহুগা মসি হায়দ্রিউদা
মতুগী রাফম অসিমসু শেংদোক্লে। ইন্দ্রকী কুরুলাম্লাও
অসি খায়রোই। শোকুরো! ভীষ্মসু নগুগী চেংগী
লমন শিংগে নগুগী মাইবৈদা ক্ষত্রিয়গী লিরুং শগে
দ্রোন, কৃপা, অশ্বথামাসু নগুগী চেংগী লমন শিংসনু
লিরুং শুসনু অহুবু লানগুম ফিরাজগী রাদি ঐ হায়বা
গুমদে। অর্জ্জুনগী মতিক মথোনাদি ঐ হায়বা ভুমই
তশেং তশেংনা লানফমদা অতিরথী অমনা লান্দা চংবা
তারবদা মতুংদা খুংশ খুংলাই হাপ্পা অহেনবা দো-
লাই মরি ইনবা তাই নরমদি রথী অহুগী দোলাই
য়ানখাইগ্রবদা অনোবা দোলাই শিন্নবা মহাক্কী দো-
লাই মনুংদা অহেনবা লিরুং তেক্লোং হাপকনি অহুসু
লিরুং ককগ্রবদা তেন্না লোইগ্রবকান্দা শিজিন্নবনি।
অর্জ্জুনগীদি মহ নত্তে মহাক্কী দোলাই ককপা য়া-
দবনি শগোল হা পা য়াদবনি, মহাক্কী শাথোবা
কৃষ্ণবু কনাননো হাংজুগদব অমুকসু তাখো দুর্য্যোধন,

পোরিবা তেন্দোং অর্জুনগী গানদীব লেপ্পা মাংবা য়া-দ্রবনি ককক্রবা, অর্জুনগী অতোপ্পা মমিং অমনা সব্যশাচী কৌই, মরমদি মহাক মখুৎ য়েৎ ওই অনিমক তেন কাপ্পা ঙমই। অহুনা চোকথরবা য়েৎনা কাপ-ঙমংবদা ওইনা অমম কাপ্পা ঙমই। পোরিবা তেন্দোং ফাইবোক অক্ষয়তুন হায়না ফাওরিবনি মনাসিদ্ধিনি। কাপ্লিংবা তেন অহু হেঙা মওইবা মন্ত্র অমুক শোন্নিং-ঙাই নৈণবা খুদম ওইনা মৈগী তেল ব্রজগী তেল নিংবগা হেক্রা ওইবনি ঐখোয়গীদি মহু ওইদে। মন্ত্র শোনখিবা তাই মৈগী তেন ওইনব্বা অস্থুম্না শবক শিরিঙদা অর্জুনগা লিকাপ কয়া হেঁজিল্লক্কদবা নখোয় খন্দুনা য়েংউ। মসিনা লোইদ্রি অর্জুনগী শক্তিদি — অর্জুন্না চোকথরবা মতাংদা মবুংঙো কৃষ্ণনা পুং অমা চুপ্পা শগোল শাজৈতনা ঙাকপা ঙমগদবনি। পুংমক্কী মথক্তা মহাক্কী কপিধ্বজ নিংশিংবা য়াই কৃষ্ণ-অর্জুন্না চোকথরবা মতাংদা ফিরালদা নপ্লিবা হনুমান্না "জয় রাম" হায়বা মাগী সিংহনাদদা লাম্বারিবা য়েক্ক-বনা রাপ্তহুনা তানিংঙাইনি। লিকং তেন্দোংগী মগুন হায়খিগে তেন্দোং তেল লোইবা নাইদে অশোবা তেন্দোংনি। লিক্কংসু মগুন নৈবা লিরুংনি! অর্জুন্না তেন কাপ্পনা মখুৎ চোকথরক্লবদা লিরুং ময়াইদা পাইহুনা হাইবদা লিরুং খোংজিগী থক খাদা য়াওরিবা শক্তিক

অছুম অছুম লিরুং ময়াইদা লৈরিবা শরিক অছুম, শরিক মাপল অসিনা হৌরবা খোঞ্জেনগী মখোলনা য়ৈবদা লাম্বানরিবা রথীচুগী চাইরুংদা পাকনা ঈ হাগৎহুনা তারিবনি। অহূনা মাগী লিকংবু গান্দীব হায়না থোল্লিবনি। অচুদ য়েংসি কুরুগী অকনবা কনানো। অর্জ্জুনগা লাম্বানগদবা কর্ণগী মতিক স্নুকলৈ লৈদে নঙনদি থাজরিবা কর্ণসে মতিক স্নুকওই ওইরোই।

কর্ণ — কুরুপতি হন্দক্কী কুরুগী লানফমদা কুরুগী অহল ভীষ্মনা সেনাপতি ওইরিবৈদা কর্ণনা খুৎলাই পাইহুনা চোংথোক্লোই, লান য়াওরোই।

ভীষ্ম — মহূনা হেন্না শুংঙাইথ্রেনে (নোকপা) ক্ষত্রিয়গী শাকং লানফমদা শূদ্রগী মতেং ভীষ্মনা স্নুকপাম পামদে।

কর্ণ — কূরুপতি নহাক্কী ফনবতা থনবা ঐনি। নঙগী মঙ্গলগীদমক ঐনা প্রস্তাব অসি তৌরি। হৌজিকমক কৃষ্ণ লাক্লগনি মহাকপু মতিকচাবা অর্ঘ কংসি মণি-মুক্তাতনা থাম্লবা সনাগী সিংহাসন বীরভদ্র বৌবা কৃষ্ণদা কংসি লোনম্বা অভিনন্দন মিনম্বা জয়-গান শৈশক শৈরাওসি অহুগুম্বা গোপা মচা অহুবু অম্মা তেহনসি। মতুংদা অকিবা শক্লাইরবা চাণ্ডাল লিশিং তরেং থাজিন্দুনা কৃষ্ণবু নমহুনা য়োংহ্লিং চনসি কুরুগী লান লোইদ্রিব ফাওবা কৈশুমশংদা থমজিনসি।

ভীষ্ম - কৃষ্ণবু ফাবা কৈ শুমশংদা থম্বা!

দুর্য্যোধন – ফাজিল্লবা তাই থমজিনবা তাই ইবুধৌ।

ভীষ্ম – রাজদূতপু ফাজিনবা তৌগনু দুর্য্যোধন নতিক নত্তে কৃষ্ণবু ফাবা ওয়েল্লোই।

দুর্য্যোধন – চণ্ডালগা য়োংহ্লিং ফালাংগা লোয়ননা লৈয়ু, শেম শাও (য়া হায়বা খোঞ্জেলগা লোইননা য়োংহ্লিং ফালাংগী মখোল তাবা)

হোরেন কৃষ্ণ লাক্লবদা ঐনা খুবাক অস্তুমক খুদুনা ঈশিং পিরক্লনি। মতাং অদুদা নখোয়না চেনশিল্লকুনা কৃষ্ণবু ফাগদবনি (য়া খোঞ্জেল অদু অমুক হন্না তাই)

ভীষ্ম – দুর্য্যোধন ঐগী ৱা তাররোই। মতাং অসিদা দুর্য্যোধন্না গুরু কলাগী য়াথং লোররোই। (মতাং অসিদা "কুরুপতি দুর্য্যোধনগী জয়" হায়না লাউরকই দূত অমা চংলকপা)

দূত – কুরুপতি! যদুবীর শ্রীকৃষ্ণ লেংলক্লে।

দুর্য্যোধন – বন্দকরিনীশিং ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অভিনন্দন হৌরো।

"জয় জয় যদুবীর নণ্ডগী জয় নণ্ডগী জয়
ওসি নংনা খোঙদাবিবা
ওইরে পুণ্য ধাম
জয় জয় যদুবীর
চংজববু ঙাকপিবা
ৱারববু কনবিবা
নণ্ডন ধাতা

তাইবংবু শেমবীবা
জয় জয় যদুবীর
নংগী জয় নংগী জয়"

লেংশিনবীরকসি যদুবীর লেংশিনবীরকসি।

ভীষ্ম— লেংশিনবীসি ভগবান সিংহাসনদা লেংশিনবীসি।

কৃষ্ণ— কুরু কুলগী মবুধৌ ঐবু ফিদা পিদ্রিবৈংগী মমাংদা দেবর্ষি, মহর্ষি কয়া লেংলক্লিবসিগী ফিদা পিখো মখোয় ভুম্না কৃষ্ণ ঐগী তুং ইল্লক্লি, ভসি হৌনগদৌরিবা কুরু পাণ্ডবকী শান্তিগী চুক্তি অসি মখোয়সু তানিংবনি।

ভীষ্ম— (লাপ্পা য়েংদুনা মথুং লোল্লদুনা) দেবর্ষি মহর্ষি পুম্নমক কংচরিবা কুশ আশনশিং অসিদা লেংশিনবীসি।

(অর্ঘ পুশিন্দুনা কংপা)

কৃষ্ণ— ঐ অর্ঘ লৌখিরোই কুরু পাণ্ডবকী শান্তিগী সন্ধি পত্র ইনদ্রিবমখৈ কৃষ্ণ ঐনা দুর্যোধনগী অর্ঘ লৌখিরোই।

দুর্যোধন—ঐহাক্না মরুপ অমা ওইনা অর্ঘ কংচরি যদুবীর !

কৃষ্ণ— করম্না, কৃষ্ণদি পাণ্ডবকী সাখানি হায়না খণ্ডনরি।

দুর্যোধন—হন্দক্না লাঙ্গাও অসিগীদমক পাণ্ডব সাখা শ্রীকৃষ্ণনা দুর্যোনগী কৃতবর্ম্মা অমরনা লুচিংবা নারায়নী সেনা কোটী তরেং লানবাংবিরবনিনা দুর্যোধনগীসু সাখানি।

কৃষ্ণ— দুর্যোধন কৃষ্ণগীসু সাখা ! ঐ অর্ঘ লৌগে ঐগী পাওখুমসে হান্না পিংো।

র্য্যোধন — তাকপিগনি যদুবীর।

কৃষ্ণ — কৃষ্ণ ঐ কুরু পাণ্ডবকী সাখানি। ঐনা ঐগী মরুপ-শিংবু মুংশি নখোয় মশেল কাংনবা উনিংদে। মরম অসিনা পাণ্ডবকী মাইকৈদগী পাণ্ডবকী লৈবাক মঙা ভিক্ষা নিরি

র্য্যোধন ভিক্ষা অহ হাপ্পা ঙম্লোই যদুবীর। য়েক্তুম মতোন্দা পকপা লৈবাক ফাওবা পাণ্ডবতা লান তৌদনা পিরোই দুর্য্যোধন্না।

কৃষ্ণ — মহুনা নশাক্কী নাপলনিদনা কুরুপতি।

দুর্য্যোধন দুর্য্যোধনদা নাপল খক তৌদরি। পাণ্ডবনি নাপল তৌরিবদি। পাণ্ডবকী নাপল মথং মথং হায়জরক্কে। মখোয়না শতশৃংগদগী পীতং পাতংপা অমা ওইনা লাক্লগা গুরু দ্রোনগী শিষ্য ওইনা অৰ্জুন লিগুবদা ম.ম. লৈরে ভীমনা গদাদা মঙাল লাকলে অদুনা মখোয়না ঐখোয় চাম্নদা নাপল তৌবা হোই। যুধিষ্ঠীরগী থোৎচবা নৌজবা অতিংবা পুকচেল অতপ্পা রাখলগী মরুমদা ঐ ক্ষেত্রি মচানি হায়বগী তেম-শিংনবহ লোক্তুনা লৈ অহুমক্তনা পাশাখেলাদা পুম্নমক থাদোক্লিবা অৰ্জুনি। চুম্নতগী নত্তনা ঐহাক পৃথিবীগী নিংথৌরেল ওইদবা য়াদে হায়দুনা রাজসুয় যজ্ঞ তৌহনা মালেম পুম্বগী নিংথৌশিংগী মথক্তা রাজচক্রপ ভ মীংথোল লৌত্রিবদুনি সক্ষীগী রাকমদা শান্তিগী তেংথাখোলদা

দুর্য্যোধনগী লেপথ্রবা রাখলগী শামায় ওন্নবা শিনবিগন্নু। মত্তাং হেনগ্রে মতম লোয়গ্রে লানফম অ মগী তেঙ্গোল পৈন'খ্র চসিগী ভাইবগুপাল অসিদা কুরু পাণ্ডব পূন্না হিংমিন্নবা যারোই। মরমদি যুধিষ্ঠির নিংথৌরেল ওইনিংই, দুর্যোধন নিংথৌরেল ওইনিংই, নিংথৌরেলদি মালেমদা অমত্তা লৈফম থোকপনি, মসিদা পাণ্ডবতা লৈপাক পিবা পিদবগী রাকম লৈতে নিংথৌরেল অনি থক শুবা য়াদে।

কৃষ্ণ — মদু নত্তে পাণ্ডবকী লৈপাক মচা শুনা পিনিংঙ্গবসু লৈপাক অমখক্তা নত্রগা যুম্ফম অমখক্তা

দুর্যোধন — লেং লৌনবা রাকমনি যদুবীর, হন্দক অমুক রাজসূয় যজ্ঞ নত্তবা অশ্বমেধ যজ্ঞ হৌহনা স্বব ভৌমাপতিগী শক্তি লৌরোইদবগী মরম দুর্যোধনা উদে।

কৃষ্ণ — কুরুপতি নহাক্কী থম্মোয়দা নচিন ননাওনি হায়ন লৌবা থক ঙমদে।

দুর্যোধন — নিংথৌগীবু মচিন মনাও লৈত্রা? নিংথৌগীবু মপ মচা লৈত্রা? নিংথৌগদি রাজশক্তিতনি লৈগদব নিংথৌগী রাজশক্তি উরোং থুদেক্কে নিংবা মীশিং নিংথৌনা প্রানদণ্ড তৌফম থোকই। যদুবীর নফমদ রাকম অমতং নৌনা নিংশিংজগে য়াবীগন্ত্রা?

কৃষ্ণ — হায়বু কুরুপতি।

দুর্যোধন নয়াস্ন্যং বলদেবজিগুম্না হন্দকী লানফম অসিদা কুরু পাণ্ডব কনাগী মীচং চংদনা নহাকস্নু লৈবীয়ু।

কৃষ্ণ— কুলপতি হাক্কীহু ঐবু করেম্নবন হায়না ঐনা লৌই।

দুর্যোধন অহৃদি অর্জুনগী চুপ্নি শেম্নবিবগা শোয়ননা পাণ্ডবকী য়ায়ফনবা শিনবীগে হায়বারি অহুমক লেপ্লিরি যহ্নবার।

কৃষ্ণ - ম দি শান্তনুগী চুক্তি অসি য়ানদ্রবদি মথদা তারেদনা।

দুর্যোধন - অদুদি লান লোয়দ্রিবফাওবা কুরুগী কৈশুমশংদা য়হোবার পোথাবীবা তারেদো।

কৃষ্ণ - ঐবু ফাজনগে ?

দুর্যোধন — য়োংহ্নিলং ফলাং চনবা তারি চুম্নতগী নত্তনা

কৃষ্ণ - ( ইশি শিনা নোকই ) ঐবু য়োংহ্নিলং চনগদবা করম্না থোনানা নত্তিক্না, ঐবু পুনখিবদি যস্নুদা মাগী প্রেমগী থৌরিনা লেপশুম্নলদ পুনখিবা অদুতনিনা।

( অমুকস্নু ইশি শিনা নোকই )

দুর্যোধন — ( খুপাক অত্তম্নক খুহুনা ) চাণ্ডালশা কৃষ্ণবু ফাও পুল্লু। খুদক্তা চণ্ডাল ময়াম য়োংহ্নিলং পায়হুনা চেনশিল্লকই কৃষ্ণনা অথম্নক নোক্লুনা লৈ অমুক; মম্না অমুক ডানবা নোংথাং কুপ্লা অমম্না মরক্তা কৃষ্ণ মাংখি। ( লাইট ওফ )

(শ্রীকৃষ্ণনা কুরু অমসুং পাণ্ডবকী মরক্তা কুরুক্ষেত্রগী লাঙ্গাও থোক্কনবা ইংনা শনতাইনবা হোৎনবদা মাই পাকখিদ্রে। নাকল অনিমক্কী মীচং থোম্মদুনা কুরুক্ষেত্র লানবুংদা লান হৌখ্রে। নুমিৎ তরানি চুপ্পা সেনাপতি ওইদুনা মতিক উৎলম্লগা ভীষ্মদেব তেনজৈশিংগী ফম্মুংদা য়াহিপখরে। গুরু দ্রোনসু নুমিৎ মঙানি চুপ্পা সেনাপতি ওইরম্লগা লানফমদা পুন্সিগা অরোইবা স্বর হোনখরে কর্ণগী নুমিৎ নিনিগী সেনাপতি ওইঙৈদা মহাক্কী মতিক মগৌনা মহাবীরনি হায়বগী চপ চানা উৎখি। লানফমদা সহদেব, নোকুল, ভীম অমদি যুধিষ্ঠির লুশম পাইদুনা লুরেল ককননবা হায়গৎলুরবা থাংশাং আতয়াদা ষাংনা থাংগৎলুরগা লান হৌরমদাইদা মমাগা ঙাংনখিবা ৱাফম খুদিংমক নিংশিং লুরগা মনাওশিংদুবু খংহন্দনা মপি ইরা শিনলগা মচিন্দন মীনম্বা থম্মোইনুংদনা কোংঙমদবা ৱাঙাংনা ফুম্লগা মাইথিʼন খঙনা খঙনা মহাক্কী অরোয়বা মতমদুবু ঙাইখি খুৎলাই হঞ্জিনখি। ধর্ম্মগী মচা যুধিষ্ঠির কর্ণগী ঊননা খুম্বা থম্মোইনুংগী অরোনবা খঙদে য়েরুবনি মাগী মিৎতদি লানফমদা শিনিংচিৎতা হিংহৌ-বদগী ঈহিং নাহিং শানা লানশংদা পোথারি, খোইশাওনার, স্বর চাওনা চাওনা হোনলি, মীনা লাকচখিবগী লমন খুদ্বিংবগী মৈনা চৌরি।)

# কর্ণগী অরোইবা
# য়াহিপ

মঙাশুবা মতাং

# কর্ণগী অরোইবা য়াহিপ

( কুরুগী লানবুংনি, অরাও লাল্লাওবগী খোঞ্জেল তারি। যুধিষ্ঠিরগী লানশংগী ময়াদা কৃষ্ণ অর্জুন ৱারি শারি। )

অর্জুন— হায়বিয়ু প্রভু, তাবপিয়ু তশেং তশেংবা নপাও অদু ………লম্ফাংদা ককগাওনরবা ননাই অর্জুন্দা, নঙদি তাইবংগী ধাতানি। য়োকপিবনি, কনবিবনি, থোই-দোকপা পাণ্ডবকীদি ইমা ইপানি, মরুপনি চোইরবা খোংফম কয়াদা তাইবংগী অকুৎ অতোং লম্বীদা নহাক্না লমজিংবিরম্লীবনি! তমুকস্নু কুরুগী লাম্বুং কারমদাই ননাইনা থৌদাংদা লম্মুকনরবদা নহাক্না জ্ঞান, যোগ, ভক্তি, যোগ কর্ম যোগগী মূল তত্ত্ব পুম্বা তাকপিহনা ঐগী ঙাওরকলবা থম্মোইবু শেংদোকপিহনা জ্ঞানগী মিং পাংকনবিখি। ঙসিস্নু হে দয়াময়! পাণ্ডবকী য়েক্লবা মরক্কুগী তমথিবা য়েক্লবা, ৱাহৈ করাম চাওবা কলক চাওবা কর্ণনা অর্জুনগী থম্মোইদা পুজা তৌহনা থমজরিবা মহাক্কী মীংয়েং মখাদা মহাক্কী খোংগী খোঙবী মরুগী ইঙ্গিৎ য়েং য়েংহনা পাণ্ডবনা তৌগদবা

তৌরোইদবা থৌদাং কয়া পুত্থনা লাকচরবা য়াম্মুং মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু মহাক্না ইহৌং নাইহং শাহল্লমাল্লে। লূচিংবিনবা শৈতবা শল্ল্যপ্তা কৈনা শারাক তম্বগুম অর্জ্জুন য়াওদ্রবা পাণ্ডবসেনাথক্তা মহাক্না নৈইখাইদুনা য়াম্মুংবু অম্মুক থিনা তৌরমলে। পুম্মমকসে দাদা য়াইমা ভীমগী মচিন্দগী হে প্রভু নহাকস্থ তাবি-হৌরবনি ননাই অর্জ্জুনগী পুন্সিগী রাশকতি কর্ণ মাবু হাংকে হায়বা অসিনি। অমনা ইপা শক্লবা য়াম্মুং যুধিষ্ঠিরগী মশাদগী ঈ মরিক অমত্তং তাহল্লবা মহাক অথু শোইদনা মথরাই লৌরগদবনি। হৌজিক করি করি ওইগনি প্রভু অথুগুম্বা তমথিরবা কর্ণ অদুনা থৌরাং অসি তৌরমলে মহাকপু হান্না হাংলুবনা চুম্বা, য়াম্মুংগী শোক্লবা তেনগী চৈথা ফংলবা শক্তম অথু হান্না য়েংলুবনা চুম্বা? হে প্রভু রাশক পাংবনা হানগদ্রা গুরু সেবানা কোনগদ্রা — গুরু সেবানা হানগদ্রা রাখল পাংবনা কোনগদ্রা — অনি অসিদা লম্মুকনরৈ অশেংবা তাকপিয়ু ননাই অর্জ্জুনদা।

কৃষ্ণ — ইত্তাও অর্জ্জুন হে পার্থ! নহাক নশাত্তগী য়েংবা ঐ হায়বা নাপল অদুদা তাওদুনা চংপা রাখল লিংদবা মত্তৌ অথু করিগীনো হেক হেক হৌরকলিবা। খংজু পার্থ অদুগুম্বা অঙাওবগী নোংলৈ নুংশিংনা মীওইবগী জ্ঞানগী মিংয়েং মমশিনহনবা অচুম্বা লম্বীদা খোংফম

হেক হেক চোইহন্নবা তৌরি হায়বা অসি নং খংদ্রে। নঙোন্দা গীতা শাস্ত্র তাকখ্রে মহুগী লমাই অদু হায়-দোকক্লে, হায়দোকউ ভক্তি যোগ কর্ম্ম তৌরমদাইদা ভক্তি যোগনা মাং থাগনি হায়বা অসি নং কাওরে পার্থ।

অর্জ্জুন— করিনো হায়বিরিবা অদুবু হে প্রভু! অর্জ্জুন ৱাশক ঙাকচগে হায়বনি গুরু সেবা তৌজগে হায়বনি।

কৃষ্ণ— অদুবুনে হে পার্থ গুরু সেবা তৌ। ক্ষেত্রিয়গী ৱাশক ঙাকউ সেবানা হাল্লু কর্ম্মনা বোল্ল। জ্ঞানগা কর্ম্মগা অনিগী মরক্তা ভক্তি লৈহল্লু। ভক্তি য়াওদবা জ্ঞান অশেংবা জ্ঞান নত্তে। মত্তদি লৈকংলাগী মায়া, মায়া মারিচিকানি; ভক্তি য়াওদবা কর্ম্ম অদু কর্ম্ম নত্তে নাপলনি। নহাক্কী কর্ম্ম অদু হিংসা ঙাকনি খংউ।

অর্জ্জুন — অহদি হে কৃষ্ণ! ঐবু করি তৌ হায়রিবনো?

কৃষ্ণ নহাক সেবা তৌ, য়াম্বুং যুধিষ্ঠিরগী মনাক্তা চৎলগা লানফমদা শোক্লবা য়াম্বুংবু কোল্লম্মু নাল্লম্মু। লানফমদা শোকলবা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা কয়া য়াম্না থম্মোই শোক্লবা হায়বা অদু খংলুখিশি মফমদগী নংগী লমন খুমনিংবগী ৱাশক ঙাক্লিংবগী থৌনা অদু লৌরুখিসি আশীর্ব্বাদ নিরুখিশি গুরু সেবা তৌরুখিশি।

অর্জ্জুন - অর্জ্জুনগী ৱাশক ঙাকলম্মুদনা ক্ষেত্রিগী মথৌ পাংথোক-লমদনা—( নুংশা স্বর মুইনা হোনব।)।

কৃষ্ণ— অহৃবুনি ঐনা নংবু চৈরিবসে, নংগী লৈকংলাগুমবা থস্মোই অতুদা দয়া ভক্তি য়াওদে হায়রিবসে। ঐদি ক্ষেত্রিনি, ক্ষেত্রিনা রাশক কাইগদ্রা, ক্ষেত্রিদি রাশক ভাক্তদবনি, মত্থ লৈরো হেনজিনবা কাথেকলবা চানবা পোংকুস্বনি, ইপা শকলবা ইয়াম্বানা লানক্ষমদা ইহং নাইহং শানা তুহৌরবদা ঐদি রাশক ভাকলগা লোইরে হায়তুনা নেংথেক্লম্লগা হন্না য়েংদনা চংলগদ্রা? মসিদু ভক্তি প্রেম য়াওবা নথোরা?

অর্জুন— অহৃবু; ধর্ম্মরাজ অহনা ঐবু তুক্কচনা খনবিরমলোইদ্রা?

কৃষ্ণ— হায়রিবহৃবু করিনো পার্থ?

অর্জুন— অহৃগুম্বা ধর্ম্মবীর অহনা অর্জ্জুনবু অয়স্বনি পাংদবনি হায়না চৈবিরমলোইদ্রা।

কৃষ্ণ— অর্জুন নংনা মতমবু শাংনা অরেম্বদা মাংহল্লে। নংনা ঐভোন্দস্থু হংলি, অমুকস্থু তর্ক তৌরি। হৌজিক তর্ক বিতর্কগী মতম নত্তে, চংলো গুরু সেবা হান্না তৌরুখিসি।

অর্জুন— লেংশিনশি প্রভু।

## তরুকশুবা মতাং

( লানশং মনুং লানফমদা শোক্লবা যুধিষ্ঠির হিপতুনা লৈরম্মী কৃষ্ণ অর্জ্জুন চংলকই )

যুধিষ্ঠির—চংবিরকসি হে কৃষ্ণ ! লা-ও ইয়াম্বা কোনগে পার্থ' তমমোরাও নয়াম্বদা—পাণ্ডবকী তমথিনা য়েক্লবা কনা কনা হাংলমললবা ? কুরুগী লাল কৈদোইঙৈ লোইবা ঙমগদোরি ?

অর্জ্জুন - তমজগে, ঙসি কুরুগী লানফমদা নরায়ন্নি সেনাগা পায়, সংসতশিংগসু মাইয়োকনৈ। লাম্বা পানা পানা য়াম্নুংগী মাইকৈদা ননাও অনিগী মিংয়েং থংজৈ। অহবু য়াম্নুংগী দোলাইগী ফিরাল উরক্লে। মহুদা পাখংলবা থম্মোই অসি পুহনা ভগবান্না দোলাইগী শগোল চুপলি থৈবিরগা য়াম্নুংগী খোঙ্গুল লিজরকপনি। দাদা য়াইমা ভীমগা থেংনহুনা পাপী কর্ণনা য়াম্নুংবু শাথিনা মাইথিবা পিহুনা ইহং নাইহং শাহনগ্রে, লানশং মনুংদা লেংশিনগ্রে হায়বা পাও অসি তাজরে।

যুধিঃ— অহুদি তম্মু ইয়াম্বদা পার্থ। যুধিঃগী হরাওরবা থম্মোই অসিদা হরাওবগী ইনোং কাহল্লু—পাণ্ডবকী তমথিনা য়েক্লরবা কর্ণবু করম্না মথাই লৌবা লানফম অহুদা ইয়াম্বা তানিংই। মহাক্না ঐবু শাথিনা নৈহংলবনি। ঙসিদি পাণ্ডবকী বিজয় শঙ্খ খোংবা য়ারেদনা।

অর্জ্জুন— য়াম্বুং মহারাজ ( মশা নিকপা নুংশাম্বর ফুইনা হোনলি )

যুধিঃ— করিনো অর্জ্জুন নশা নিকলিবদি নংমু কর্ণগী মমিং তাবদা কিরব্রা ? নংমু কর্ণগা লান শোক্লবা কিহুনা লানশং অসিদা ঐবু হৌবা চংলকলিব্রা ? কর্ণগা পানবা অদু ঐদি কর্ণগী চৈথেং চারবনি, লানফমদা থোকপা ঙমলরোই।

অর্জ্জুন— (কৃষ্ণরোমদা) ভগবান হৌজিক থোকলরেদো। ননাইনা হায়জবদো।

কৃষ্ণ— প্রার্থ নঙ থম্মোই শোম্বরব্রা ? ভক্তি প্রেম নঙগী নথোদা নিংহনগনু।

অর্জ্জুন— ও! মহুনা প্রভু ! ( যুধিষ্ঠিরদা ) য়াম্বুং মহারাজ দাদা য়াইমগী মচিন্দগী পাও অসি হেক তাজবদা য়াম্বুংগী শোক্লবা অবস্থা উজনিংহুনা হান্না মফম অাস য়োজরক্লি।

যুধিষ্ঠির—কর্ণ হৌজিক ফাওবা হিংলি। রাশক ঙাকঙমদবা ক্ষেত্রিগী রাশকপু থোওইদবা প্রার্থ ওইবনা কর্ণ হৌজিক ফাওবা হিংলি।

অর্জ্জুন— ঐগী ইরান ঙাকপিগনি ধর্ম্ম রাজ।

যুধিষ্ঠির— নহাক্কী নরাল ঙাক্লবনি, মতম পুম্নমক্তা যুধিষ্ঠিরনা ঐগী ইনাওশিংবু নুংশিরি, অদুনা মস হায়রিবসিনি নঙনা লান্না থল্লম্বা য়াই, যুধিষ্ঠিরগী মশাদা চৈনা পিবা ইহং নাইহং শাহনবা কর্ণ অদু হাংলমদবগীদমক

নক্ষমদা রারৌরিবনি হায়না, অদুবু নত্তে প্রাথ ভারত বংশগী শাগৈগী মৈতান অশিবা ওইহনা নঙনা ক্ষেত্রিগী রাশক পাংথোকপা ঙমদবা অসিগীদমক ঐনা রাবিবনি, চৈরিবনি। অচ্চা অদুক তোনথ্রবকো। যুধিষ্ঠিরগী মনাওনা নোঙ্গাথ্রবা লিশু হৈবা পাণ্ডবকী নিংথৌগী মচানা ঙসিদা খংলে অর্জুন নঙ অসি কনানো ?

অর্জুন — চৎচরগে হৌজিকমক য়াম্নং, কর্ণবু হাৎপা।

যুধিষ্ঠির — ঙাইখো নহাকিপু ইয়াম্বনা লানফম অংদা থাররোই, পাংদবা অয়ম্বা — েোংশাগী মখায়াঙা করম্না ফ্রিং ২ চোংনা লংশিন্নবা শিনগনি। ঐনা খঙলবা রাফম অমা নক্ষমদা হায়গে ত্রাও কৃষ্ণ অর্জুন অমঙনি মশা অমত্তনি, অমনা নর অমনা নরায়ন পুন্না নর নরান হায়না খঙনরি। নর ওইবা অর্জ্জুন নঙনা পাংঙমদবা থবক অদু নরায়ন ওইবা কৃষ্ণনা পাংথোকপদা করি অমত্ত কাইদে। অদুগা অর্জুন নঙগী নথৌ পাংথোক্কবা য়াদে। নঙগী রাশক কাইবা য়াদে। মরমদি নঙনা রাশক হেক কাইবদা ভারত বংশগী আদি পুরুষশিং তুংদা লাক্কদবা জাতিশিং পুন্না নঙগা লোইননা নরক্তা লুপকদৌরিবনি নুমিৎ খানা লৈরিব-মথৈ, অদুনা মসি থোক্কনবা নরায়ন ওইবা কৃষ্ণদা নঙগী গন্দিব অদু শিন্নথ্রো কংথোকপ্রো অদুগা কর্ণবু হাংহল্লু।

( অৰ্জুননা ৱাহৈ অসি হেক তাবদা মখাংদগী থাং অদু খোজেল থোক্না শংলি অমম্ভুং ঙংবা )

কৃষ্ণ— ( য়াম্না থুনা ) ঙাইখো পার্থ নহাক্না নমিৎ ঈখেং কাড়ুনা নয়া ক্রক ক্রক চিক্লগা থাংখুমদগী থাং শংপা লাক্নরিবদ করিগীনো ? নঙগী মীৎয়েং অদু কনাদনো লমন খুম্নিংবগী নুংশা শুর কোল্লিবহুনা কদাইদা ? কদাই অসিদদি তংথিরবা কর্ণ অংদি লৈতেনা।

অর্জ্জুন—ভগবন ( নিকপা ) ভগবন !

কৃষ্ণ— নঙগী পাপকি হু চেল্লবা মিৎয়েং অতনা পাপনি হায়বা থোইদিং মখাই অমত্তা নশাদা পকত্রবা অজাত শত্রু ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী মশাদা চাগদবগুম য়েংলিবা অদু করিগীনো!?

অর্জ্জুন—ভগবন ৱাশক ঙাকপা, ৱাশক ঙাকপা।

কৃষ্ণ— ৱাশক ঙাকপা চুম্মী চুম্মী ৱাশক ঙাকদোবনি অদুবু মদুগী অর্থ করিনো ঙাইবা নমিৎ, চিক্লিবা নখা, লাম্লিবা থাং অদুগী অর্থ থঙদে।

যুধিষ্ঠীর—ননাই কঙ্গংচগে ভগবন অদুগী অর্থ। মহাক্না ৱাশক ঙাকনিংলি যুধিষ্ঠীরবু হাত্তুনা।

কৃষ্ণ— ও ! ময়াম্বু হাত্তুনা মনাওনা ৱাশক ঙাকপা করিনো নোং মংদনা ব্রজ তারবকো মালেম অসিবু ঈগী ঈপাক্তা লুপশিনব্রবরনে নুমিৎ থা অদুম্মক থোক্লিবকো. অদুগবু

পাণ্ডব অর্জ্জুনগী থম্মোইদগী ময়াম্বুং হাংলগা রাশক ঙাক্লংনব ধর্ম্মগী শান্তি মরক্তা পাপকি মৈচাক খঙলক্লব্র ? পার্থ অর্জ্জুন নঙ তিন্নহৈদব মীশক ওইরে নঙ তিন্নহৈদবা মশক ওইরে। চংংঙ্গে মগম তসিদগী।

অর্জ্জুন — (মখোংদা তুবা) ভগবান ঐগী ইরাল ঙাকপিয়ু ঙাওরবা ঐনি, ঐ তৌকম খঙদ্রে পুমঙাও ঙাওব্রে; পুমলান লানব্রে।

কৃষ্ণ — মনিবু করিনো হায়বা ঐ খঙদ্রে! ঐবু শোক্লনু নঙ ঐগী ইখোং পাইগনু নঙ, নঙনা ঙসি তৌরিবা মিত্রং অসি করিনো ?

যুধিষ্ঠির — হে ভগবান ননাই কন্সংচগে প্রভু পুন্নমক ননাইনা থোকহনবনি। ঐহাক ইনাওগী রাশক ঙাকহন্নিংবদগী মহাক কর্ণগা লান্না চাররোইব্রা হায়না খঙরুহনা মহাক্না দোলাইগী চূপ্লি শেন্নরিবা, থম্মোইগীসু সারথি লানফমগীসু সারথি ভগবান নহাক্না ননাইগী রাশক ঙাকপিসনু হায়হনা মহাক্না গন্দিবা ইবুংঙোদা পি-থোকব্রো পল্লুরে। মহাক্না রাশক লৈ, মহাক্না গন্দিবা থাদোক্লো হায়বা মী মহাক অদু হাংকনি অজুননে মহাক্না ইতংতভনা রাশক ঙাকপা রাশক ঙাকপা হায়না মুক্লম ২ শোগ্লিবা অসি।

কৃষ্ণ— ( খাক্লা নোকপা ) হা-হা-হা মুর্খা অশুক বাখল লিংদবা, তৌহৈ তৌহৈদে খঙদবা নঙগী নশাগী স্বার্থ রাশক ঙাকপা অহ্ থুংননবগীদমক গুরু হত্যা তৌগে হায়বা। খংউ, নহাক খংউ ঐগী কামগী অপেনবা ফংননবা, তৌহৈবা তৌহৈদবা য়েংদনা ইন্দ্রিগী পেন্নবা খক তৌরোইদবনি। দেবলয়দা নঙনা খাংঙমদবা কোক্লবগীদমক নখোং হামজিনগন্না ? পুম্নমক খন্নবা হায়বা অসিগী মখাদা পুম্নমক হৌনবি লমচৎ লিংগ-দবনি হায়বা অসি নহাক কাওরে। নঙদি শানি। শাদি লাম্লিঙৈদতা হিংশা তৌবা মপুক থল্লবদি কৈ ফাওবা মী শোক্লবা মসি নঙ কাওরে, নঙদি শাস্ত্র-গ্যানি, লিশু হৈবনি, দেব বিদ্যা নরা বিদ্যাগী তুংন-ফম ওইবা মহাকপু কালগুম্ন হায়না ফাওরিবা জগৎ অসিদা অহুদস্মু নঙনা পাণ্ডবকি মিংচৎকী অথোইবা ফিরানদি ময়াম্বা নিংবনি অহুবু ঙসিদি অহুগুম্বা ফিরান অহু চিংথরগা পাপ চেল্লবা নখোংপাক্লা নৈহংহলবা। নঙনা নল্লা দুর্য্যোধনগী চৈনা কয়া চারক্লিবা, নমাংদা নল্লা নঙগী স্বাধর্ম্মি দ্রৌপতিবু রাজসভা মমাংদা দুসাসননা মফি মুনবা, খাংঙমদ্রবা ভিমাসেন অশাওবা মৈরক্লা কুক্ল শাগৈ চাকখেকহনগে থৌরাংলক্লবদা নয়াম্বা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী য়াথং কংদে হায়দুনা নঙনা খামখিবা নল্লা ? ইথক চারবা লৈরাইনা তনিক তনিক

খাংবগুম হেদি থেংখাং কয়া কয়া ঙসি ফাওবা খাং-লক্লিবা অসে ঐনা খংঙে নশাগী স্বার্থ শোক্কদুনা খাংদুনা লাক্লিবনি। ঙসিদি নশাগী স্বার্থ শোক্ক-বোইদো হেক পৌকমিন্নবা ময়াম্বা হাংকে হায়দুনা থাং শংতুনা চোংশিনলেনেসে। অঃগুম্বা অদুবু ঐনা মরুপ ওইবা, চংলো মফম অসিদা নহাক লৈরগনু।

অর্জুন — ভগবান! পাংলবা ননাইদা অমুক হন্না নৈহংপিরগনু নঙদি ভত্তবু চালহৈবনি। মুর্খগী মুর্খাতা করম্বা পাক হেক কোক্কনি। অর্জুন মুর্খনি মুর্খা কোক্কনবা গীত শাস্ত্রা তাকপিগ্রবনি নঙনা। অদুবু কংনা কুপ্পবা পুথিগী ইমাই কং অদু হায়দোক্কুই হায়বা অদু মঙাই অমুক হন্না কংনা কুপশিনবগুম অর্জুনগী মুর্খা ওইবা রাখল অদুনা অমুক হেক্কা কুপশিল্লকই ঐগী থম্মোইবু অমুক্কগা হায়দোকপিখো, অমুক্কদি চুখংপিখো জ্ঞানগী মৈরা! হন্দকমুক্তি কুপশিলহল্লরোই মুংথংচররোই।

কৃষ্ণ — নহাক রাশক ঙাক্কবা য়ারোই, নয়াম্বা হাত্তবা য়ারোই।

অর্জুন - ভগবান নখোং পাইদুনা নৈমায়দা তুজরি অমুক হন্না রাকম অদু পনবিরক্লগনু।

কৃষ্ণ — নহাক রাশক ঙাক্কবা স্নুকয়া য়ারাই মরমদি নঙনা ঙাক্কবদি কুরু মহাবংশগী আদি পূরুষশিং ঙন্না

লুপ্লগনি নরক্তা মতম কুইনগী। অদুনা নয়াম্ব: হাত্তবা য়াদে নহাক।

অর্জ্জুন – ভগবান ঙমজরোই, ঙমজররোই।

কৃষ্ণ – ঙম্লরোই ঙমজররোই অয়ম্বা অদুদি করিগী নখাংদগী থাং শংকে তৌরুরি ব্রাখলদি লিংদনা খংলে, খংলে, ঐনা খংলে নঙ কৈদৌঙৈদস্থু ঙম্লরোই ধর্ম্মরাজগী মশাদা থাং থাবদি অত্তবু হাংতবদি য়াদে, ক্ষেত্রি ওইবা নঙগী রাশক ঙাক্লনবা গুরু নিন্দ তৌ; ধর্ম্মবু চৈয়ু, নঙগী থম্মোইদা ধর্ম্মগী থৌশিন্দা চৈনিংখিবা কয়া খাংহ্ননা লৈখিবা অহ খন্দুনা পন্দুনা পন্দুনা চৈয়ু মহুমক্তা ধর্ম্মবু হাংপা শক্কনি।

অর্জ্জুন – গুরু নিন্দ তৌগদবা ধর্ম্মবু চৈগদবা করম্না ইয়া অসি কাখংকদবা প্রভু ঙম্লরোই স্থকঙম ঙম্লরোই অদুগী শক্লকপুদি ইথন্তা অত্মাঘাট তৌহ্ননা শিরগে থাং অসিনা। (থাং শংপগী শং লাওবা মখোল)

কৃষ্ণ – অত্মাঘাট তৌগে হায়বা, নথন্তা শিজরগে পাপ ১গী মথদা পাপ নঙ ঙাওবা অমুক অমুক হেনগংলক্নে করিনে। নঙনা অমুক সাধু সা নঙনা অমুক পাপ ওন নঙনা অমুক চোইয়োল লোল নঙ নরোল ফাইগন্নু নঙনা ঐঙোন্দা লম্বী তাকপিয়ু কনবিয়ু হৌজিক্তা হায়খিবদাই অহ্ননা ঐনা তাক্লিবা লম্বী অসিদা চংলু ঐনা হায়রিবা অসিদা ইল্লু। গুরু হাংলু গুরু

নিন্দা তৌ হাংপগা মান্নবনি খংউ। মতুংদা ঐনা নঙগী প্রায়শ্চিট তৌবিগনি।

অর্জ্জুন — প্রায়শ্চিত তৌবিগদবা।

কৃষ্ণ — কিগনু, নিক্কনু গুরু নিন্দা তৌ হৌজিকমক ধম্ম বু চৈয়্যু।

অর্জ্জুন — ভগবান (যুধিষ্ঠিরদা ওনশিনবা) নহাক ধর্ম্মরাজনি হায়নৈ নত্তে নঙদি পাপি রাজনি, নঙবু প্রাজ্ঞনি হায়নৈ নত্তে মুর্খানি, জুয়ারিনি, অয়ঙ্গনি পাংদবনি. মিনুংশি খংদবনি, নহাক্কা ধর্ম্মরাজ ওইরম্নবা দুর্য্যোধনগী শরৌদা শকুনিগী কুতনিতিদা কর্ণনা মুকপদা পাণ্ডবনা মৈরক্কা লম্নকতা অমুক্কা চাক্লিবা শা, অমুক্কা লম্নোইবা শা, অভাওবা ওইতুনা চহি ১২ বন্দা চংকদ্রা? অদুদা নঙগী নথৌনা করি লৈখি। হিনাও শাবা হৈত্রগা নঙগী হিথক্কা তোংলিবা পাণ্ডবশিংবু অরাবগী ঈপাক্কগী কনবিখিব্রা? হিরম্বা, বোগ, কুম্ভির, দাদা য়াইমা ভিমনা হাংখিবনি দ্রৌপতি অর্জ্জুনগী লিশুনা ফংলকপনি, ভিমগী মপাম্বোমনা নিংথৌ লক্কা অমা চাইখাইবনি মতুদা নঙনা নিকতুনা কিদুনা খাংখিবা নব্রা। অমুকস্তু পনগে মতুনা পেল্লি অর্জুন্না খান্দবন থাখিবগী মনা ওইনা ফংবা খুৎশু খুৎলাই, দোলাই শঙ্খা হৌজিক ফাওবা পাণ্ডবকী পাঙ্গল ওইরি অসি ইকাইদ্রা নঙনা ধর্ম্ম চেনবা ইকাই খংবা মিশক ওইরবদি (কৃষ্ণদা ওনশিনবা) ভগবান ননাই খাংবা ওয়্যক্রে।

কৃষ্ণ— মখা-মখা, তাখিগদবনি মহু গুরু নিন্দা তৌবা য়ৌদ্রি মহুনা ধর্ম্মবু পুমহাৎ হাংতোকত্রি মখা তাখো।

অর্জ্জুন—মখা তাখিগদবা।

কৃষ্ণ— অহম······………

অর্জ্জুন—অহুদগী ময়দানবকী মথরাই কনবিবগী মনা ওইনা পৃথিবিদা ডুকলবা সভা মাগুব শারে ময়দানবনা, মী লাই পুম্নমক কল্লমরে—নহাকপু ইন্দ্রপ্রস্থগী নিংথৌ অমা ওইনা নিংথৌ ফম্লাল থিন্দোক্লে। মহুনস্থ নহনা পেনখিত্রাও পেনখিদে নঙ স্বর্গ ভুমাবতি ওইনিংখি, নঙগী অপাঙ্গা উহুনা নংগী ননিংদা থুংনবা শায়হুনা ইচিন ইনাও পাণ্ডব ঐশ্বোয় মরিনা মাইকৈ মারদা দিগ্বিজয় চৎখিবা নিংথৌ কযাগী মরম মুন্দুনা শেমগৎখিবা শক্তি লৈতনা শক্তি লৈবা শাশিন্নহুনা। নঙনা রাজসুয় যজ্ঞ তৌখিবা নত্রা? নজ্ঞ্য অহুদা নিংথৌ লক্ষা অমনা নখোংদা তুহুনা নখা পোল্লে য়াখিবা লাই কোটি কুম্ভ্রাহ্মদোই ফাওবনা নফমদা মকোক নোনখিবা অহুতস্থ নত্তনা যুগ মরি পুন্সিরবা অমর খুভম ফংলবা লংকা নিংথৌ রাবনগী মনাও বিভিষনমক্তা হিংচাবা লক্ষা তরামরিগা লেইননা অথেনপোহ্ কন্তুনা নফমদা থুকমখিবা নঙনা মহুদা চাওথোকচখিবা খল্লবদ তুকচৈ নোকনিংই।

কৃষ্ণ— হায়খে, চৈখে, ঙাংথখো।

অর্জ্জুন — অস (নুংশাস্বর মপী) শতস্তুঙ্গী লোকতাইদা কোইশান শামুহুনা লৈরম্বা উহৈ রাহৈ চাহনা লেল্লম্বা পাণ্ডবকী তাইগৎলবা কোরা ভসিদি নোংদোল খেৎলে। চৌংগী লৈচেংদা ওল্লম্বা মশা পুমরাও রাওরম্বা পাণ্ডবনা যাবত চন্দন্না লৈতেংবা নিংথৌগী হিজোল শেৎলবা পাণ্ডব ওইহনা নিংথৌগী ফম্বাল্দা ফম্লরে। মসিবু কল্লকপা লৈরম্লোই হায়না খন্থবা ভমদবদগী নত্রা নহাক্না কুরুদা চোবরগী মরু পাইরুবদো', মহুদ নহাক্না জারি অমগী মুর্ত্তি লৌদনা ফম্লগা পাণ্ডব মরিগী হুমাংমল পাণ্ডব মরিগী মথৌননা তাল্লকপা সনা লুপা পুমুংক্কা লোয়ননা নঙগী শক্তি নঙগী রাজ্য শকুনিগী চৌবরগী কাংখুনগী মৈরক্কা উৎ ওলহনখিবা নত্রা ? মহুদা নংনা পুমঙাও ঙাওথ্রুনা নঙগী নপাম্বোম য়েং-ওই শন্নিবা পাণ্ডব মরিহ মীন'ই ওইররো হায়না লং-শিনখিবা নত্রা কুংদা। ক্ষৌত্রিয় মচা মরি অহুনা ময়াম্বগী য়াথং ঙাইরি। ঙাঙবা ভমদনা মথা চিন্না থরো ২ ওন্না খাংখিবদো — ইস............ কল্লকই অয়ম্বা ওইখ্রে! অরোইবা পোলোইগী পোম্বাদো তাইবংনা অঙকপা মিৎয়েংনা য়েংখি দেবতা পুম্নমক ভকখি, নুংশিৎ নুংশা কেপখি সতী দ্রৌপতিগী-দমক। হায়জগে দামোদর (কৃষ্ণদা) মীহাৎপা দাকু নিশা চাবা বু থকপা, জারী কয়ানা ভসিগী মালং-

পান্দা অমুক্তস্থ তৌখিগ্রিবা থৌদোনি মহাগা লোই জবা মীনাইনুপী ফাওবা জ্বারদা থাদোকপ হায়বসে. অহৱু মাংদা লৈরিবা ধর্ম্মরাজনি হায়রিবা নুপা অ'স-তনদি দ্রৌপতীবু জ্বার অহদা থাদোকখি, লংশেকখি. মীনাইনুপী ওইহনখি। সভা মাংদা ডুষাশন্না মশম লাক্কুনা শ্রো ২ চিংলক্ল। খোংপাক্পা কাওখি, মফি লাক্কুনা চিংখি – অহুদি মসি মীহাৎপা হিংচাবা নত্রা (কৃষ্ণগী মখোংদা কোন্দুনা) প্রভু দয়াময় ননাই মথা তাব' ঙমদরে ঙাকপীরো। (তুথখি)

কৃষ্ণ – হা (ও নোকই) পাঙ্গনবা ক্ষেত্রি নঙ রাশক ঙাক্লে হৌ-গৎলু নয়াম্বু হাৎলে, নঙ নয়াম্বা হাৎপা নুপানি ইনাক-তগী হন্দোকউ, ইখোং পাইগনু, নঙগা শোক্সবা য়াদে।

অর্জ্জুন – প্রভু ঐ খাঙবা ঙমদ্রে। ঐ কমদৌবা তারি। নঙনা হাৎলু হায়রুনা হাৎপা নত্রা? প্রায়শ্চিত্ত তৌবিনি হায়খিব নত্রা? প্রায়শ্চিত্ত তৌবিরো হে মহাপ্রান

কৃষ্ণ – ময়াম্বা হাৎলহনখিবা তাই (লোম্না হায়বা) কর্ণ হাৎলহনখিবা তাই। (ফোংনা)

অর্জ্জুন – কর্ণ। (লাওবা ওশাওবগী খোনফমদা)

কৃষ্ণ – কর্ণ হাৎলু, মহাক হাৎপতনা প্রায়শ্চিত্তনি খংঙু পার্থ।

অর্জ্জুন – কর্ণ হাৎকনি। ঙসি অর্জ্জুন্না ক্ষুদ্র মচা অহৱু হাৎকনি।

# কর্ণগী অরোইবা য়াহিপ

## তরেংশুবা উৎপা

( কুরুগী লানবুং, শৈল্য কর্ণ দোলাই থৌজিল্লকই )

কর্ণ - ( নাপলগা লোইননা লাওরকপা ) তাবরা ক্ষেত্রিয় মচাশিং খোংমী লান্মীশিং নখোয়গী মরক্তগী কৃষ্ণ অর্জ্জুনবু অসিদা লৈরে হায়বা তাকপা ঙম্বা নুপা অদুদা কর্ণনা মনা চাওনা পীগনি। ঙসি কর্ণ মাংদা নাপল চাওরবা ভীম, নকুল, সহদেব মাইথিবা পী-থ্রবনি। কিবনা লানশংবা চঙহনা লোংথ্রবনি যুধিষ্ঠির। কৃষ্ণ অর্জ্জুনস্তু লোংথ্রে। কর্ণনা মখোয়বু থিরি। ঙসি কর্ণনা অর্জ্জুনবু হাংকনি। অদুনা কর্ণনা লাওথোক্লি-বসিনি কৃষ্ণ অর্জ্জুনবু ইকমদা তাকপদা পীগদবা মনাদো সনানা তেকথরবী মশক মতৌ নিংথিজরবী মথোং কারকপী মুপী চাম্মা, খুঙং মঙা, শগোল চাম্মা অদুগীস্তু মথক্তা সনা লুপানা হৈথগদবা হা-হা ( নোকপা ) খনসি পাম্বা কনানে চৎলু কৃষ্ণ অর্জ্জুনবু থিরু ইকমদা তাকউ।

শৈল্য — থৌনাফবা নরিংজেল লৈবা কর্ণ নরল ময়াম অদু তিংখিবা পাম্মুই তিংথোক্তনু। কৃষ্ণ অর্জ্জুনবু হাংপা ঙমগদবা খুৎলাই অদু খন্দোকখো, শৈল্যনা পার্থ

অদুগী মনাক্তা পুশিনবিগনি নঙবু। অদুনা নঙনা চেকশিলহৌগদবদি হৌজিক নাপল তৌরিবা হাই-গৎলিবা নকোক অদু কেনখিদনবত্তনি।

কর্ণ — মদ্রবীর! ঙসিদি নঙ মদ্রগী নিংথৌ নত্রে, শগোল চুপ্পী শেম্নবনি কর্ণগী?

শৈল্য — হায়বদি।

কর্ণ — কর্ণনা রথি (মখা তাগে তৌবদা)

শৈল্য — শৈল্যনা সারগী হা-হা! (নোকপা) অদুগী কর্ণনা নাপল তৌরিবা। শুদ্র মচা কর্ণগী শগোল চুপ্পী মদ্র রাজনা পাইরে মদুদা শুদুন নাপলগী জগোই শারে। অউবশিংগী মমাংদা থাক থাক নোকচদুনা খুদোম্বী রাংনা থাঙ্গৎতুনা মনা মথুমগী পাওজেল্লি-বকো হ-হ-হা।

কর্ণ — মদ্রবীর! কর্ণ অর্জুনগী শাস্বাগী মমাংদ শৈল্য কর্ণনা হাননা চাইনব তারিব্রা?

শৈল্য — করিগীবু ঙরা থোকপা রাকম্লো মদুবু, অদুবু খুংঙাই রিবদি, নোক্লিংলিবদি অঙ্গদেশকী নিংথৌ কম্বালদা ফমজরুবনা ঐ ক্ষেত্রিনি হায়বগী নাপলগী তান্দা নেত্তুনা করিস্নু লৈত্রবা শুদ্র মচা অমনা ক্ষেত্রিয় মচা অমদ লানগী খোংত্রেন থাবা পাম্লিবসিনি।

কর্ণ — মদ্রবীর—কর্ণগী ঙসি বিজয় পাত্তকা য়ুংলমদাইদা করিগী কল্লক কনজাওরি।

শৈল্য – অঙ্গবু ………… ! করম্না বিজয় পাতক হুংগদৌরিবা ?

কর্ণ অর্জুনবু হাত্তুনা ।

শৈল্য – অর্জুনবু হাত্তুনা ! মহুনি নোক্লিংলিবা, উনিবা তাখিবা রাক্ষম ওাক্পনি। মীনম্ব অমত্তা নত্তে, হৌজিক হৌজিনি, লমচৎইগুম নহনা অর্জুনগী মাংদগী চেনখিবা। দ্রৌপদী পামহৌকৎবগী স্বয়ম্বর মণ্ডপ সভা অদুগী লালহৌদ চেন্নখিবা নিংথৌ মচাশিংগী মরক্তা কর্ণ নহক্সু অমনি। বিরাটকী শনয়াম মীতাবগী চৎলুবা খোংফমদা অর্জুনগী মমাংদা কাইহৃনা চেন্নরকপাশিংগী মনুংদা মাংজিন থারকপা কর্ণ নহাক্নি। কাওদ্রি চিত্র রথ গন্ধর্বনা হৌবু শুদ্রি কক্তৎতগী চিংখৎপিবা অঙ্গরাজ হায়বা উপাধি পীবিবা নহগী ইবুংঙো দুর্যোধন ফাখিবদা নহক্ন কনত্রা ? নহনা হাৎকনি হায়ন খেক খেক লোক্তুনা নাপাল কারিবা অর্জুন অদুনা কনপিদ্রা ? অদুগম্মু "অর্জুন তাংলগা বিজয় পাতকা য়ুংগনি" — হায়রে অদুনদি পোপথোক পোপশিন অহম্মক য়াবনিনা নৈতোন্দগী মেপ্রপত্তা নাপলগী খোন্থোক অতাবনদি ওক্সরমগনি কিনরমগনি। মদ্রগী নিংথৌ শৈল্য দগুবা ক্রুম প্রোক প্রোক খুহনা খেক খেক নোকচনিংই।

কর্ণ – মদ্রবীর শগোল চুপ্পী শেন্নবীরমু দোলাই থাদোকপীরম্লো লেঙবীক্লো লানশংদা।

শৈল্য — নংগী য়াথং ঙাক্লোই, নহনা হায়বা ইল্লোই।

কর্ণ — রথীনা সারথীদা

শৈল্য — শৈল্য কর্ণগা সারথী নত্তে দুর্যোধনগী হায়জবদগী নংগী দোলাইগী চুপ্পা শেন্নবারবনি, নংগী চুপ্পী শেন্নবীবা অমদা নংনা ঙসি নাপল তৌই। খংউ অমম্বা লম্বীগী মৈরা পাইহনা লমজিংবীরিবা অমদা ঙসি নখোংনা কাওরে, ইথক হৌরবা ইপাক্লা ইরানবীরিবা হিরানববু অঙাওবা নংনা চরম মেৎলে। নংনা নাপল তৌহনা ঙাওহনা লাওরিবা চোইরোল অহ চোইরোলনি লাওগনু হায়না হায়বিরিবা মীশক্ত নংনা খন্দুনা নঙনা কনবা ঙমদ্রে। খংউ নংনা হায়রিবহ কারনো, শৈল্যনা করি হায়রি কর্ণনা করি খুম্নি, ঙক্না য়েংনরি ঙকনা তানরি লিশু হৈবশিংসে নংনা নিংশিংউ, নংনা অর্জুনবু হাংকে লাওরিবসে অর্জুননা নঙোন্দা করি লংজমনগীনো, অমুক্তগা নিংশিংউ কাওরবরা নিংথেম কাংজেবুংদা অস্ত্র পারিক্কাগী মতাংদা লৈবাক্লা চোন্না তিল্লুবদা অর্জুনবু নঙনা লকক্রুবা নত্রা, উশিংলুত্রবা নত্রা? মিত্রং হৈবা, যাহ হৈবা হায়না নঙন করেমনখিবা নত্রা পার্থহুদা। ক্ষত্রিয়গী অঙাং অহুনা নঙবু হাংকে রাশকখিবা নঙন রাশকহনখিবা নত্রা?

কর্ণ — মন্ত্রবীর! ওক্নে তোক্লসি।

শৈল্য — করিগী তোকপা, নঙবু নমিৎ পাঙহনখিগদবনি খঙহন-খিগদবনি, হায়বীনবা, তাকপিনবা লৈতবনা অশিংবা অৎৌবা শারম্বাও। শৈল্য ঐসে কনানো পাণ্ডবকা করি থোকনৈ, অদুগা করিগী কুরুগী মিচং ওইরুরি? মীমাংশা লৈত্রবা নঙনা কংদা খঙগনি, হায়নখিবননি। মুংশিরবী ইচল মাদ্রীনা পোকচবা সহদেব নকুলগী মমাঙদা ঐনা লেপ্লিবা, নঙগী শগোল চুপ্লি শেম্নরিবা নুংশিজরবা ইমাক সহদেব নকুলবু নঙনা লানফমদা হাংকে তৌখিবা অহ য়েংহনা লৈখিবা হায়নখিবহ্ননি, হায়নখিবহ্নগীদমক ঙসিস্থ পাণ্ডবকী লালোই অথোবা পার্থবু হাংকে হায়না চংশিল্লবা নঙগী দোলাই চুপলি শেম্নরিবনি অদুগা নঙনা অমুক ঐবু য়মহল্লবা ইমাং-মঙদা উশিজ্রিবা, লাঞ্জন চন্দ্রিঙৈনা পাঞন থোইবগী হয়াও শুবাক খরিবহ্ন ঐবু কংেম্নবনি করম লৌরোই।

কর্ণ — মদ্রবীর! হায়রিবহ্নগী অর্থ করিনো?

শৈল্য — অর্থ, টীকা, অন্বয় তৌবা করি অমুক। পাণ্ডব হাংকে চংশিল্লিবা নহাকনা অহমক অহুম মথংলু নথোনানা নত্তিক্লা পাণ্ডবপু। পাণ্ডব ইমাকনি, নঙনা খঙলি অদুগা খুংলাই চাংয়েংগী মমাংদা মাগী মাতুল ঐবু করেম কথাইনবগুম পোকফম শাংফমং হৌফম খঙদবা মীওইবতনা ঙাংগদবা ৱাঙাংদা শৈল্যগী ইমাংদা ঙাংলি-লসে ঐবু হায়া হাত্তোক্কে থৌরাংলিবা নত্রা? চেকশিল্ল

ঙসিগী লানফমসে নঙগী বিজয় কেতুগী মহুত্তা ধূম-
কেতু ওইজনি।

(কৃষ্ণ অর্জ্জুন চংলকপা)

অর্জ্জুন— মানি ধূমকেতু অমূক থোক্লক্লে। নহাক্না মুর্খ,
অজাতশত্রু ধর্ম্মরাজ য়াম্বু যুধিষ্ঠিরগী হকচাংদগী ঈ
শিন্থহনখিবা।

কর্ণ— মুর্খদি নঙনিহৈ অর্জ্জুন (করেম্বনা) লানফমদা নোংশা,
লিশু হৈবদা পরশুরাম কুম্ভকর্ণগী মাংদা -ঙগী -য়াম্ব
চৌবোর হৈবনা লিকং পাইদুনা চঙলক্লবদি মশাদগী
ঈ থোক্লিংঙাইনি। মথবাই মাঙনিংঙাইনি। করিগা
যুধিষ্ঠিরনা মথ ঈ মাঙথিদবা, ভীমনা হিঙখিবা.
সহদেব নকুল নাম্থোকখিবা কর্ণগী লাম্বাদা মদো
মখোয়গী মরাইবক ফবনানি অংবু হুজিক অর্জ্জুননা
পাণ্ডব মরিক্তগুম কর্ণগী মথুত্তগী নাম্থোক্লুনা চংপা
ঙমলোই, হাংকনি অঙাং ওইরিবগী রাশক থুংগনি।

অর্জ্জুন—(খাক খাক নোকপা) মহং নঙনস্থু অতুম্না রাশক
চবকো!! অতুম্না নবুংঙো দুর্য্যোধনগী মাঙদা হন্না
হন্না থৌজাজবগী মমলনা কাই কাইদুনা চারক্লিবা নপুন্সি
অত্ত লোইরগদবনি। শূদ্র নঙনা তত্তনা নাপল
তৌদুনা ঐ লৈরি হায়না নপাম্নোম তীংবনা দুর্য্যোধন্না
হুজিক কাওবা মহাক্কী মৃত্যুনা য়োংকে চংশিল্লক্লবা
কাওবদা কিবা লৈত্রি। করিস্থু লৈত্রবা শা উচেক

কাণ্ডবনা মখোয়বু ঙম্বা শাগী শনম কংবদা কিন্থনা চেন্নরি পাইথোক্লম্মি নখোয়দি শাদগী হেন্না ত্তোন্নি। নখোয়বু ঙম্ন লাক্লে হায়বসে থগুদ্রি। থংউ অর্জ্জুনসে মগুবু ঙম্বা ঙুপানি। কৌজিকস্থ হায়য়ু—অহুগুম্বা পাশ খেলাগী সভা ময়াইদা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী ধর্ম্মগী মোহ্নিংনা মখোং মখুৎ পুনশিনথ্রবা নোংশাগী মমাঙদা নঙনা করেম কথাইনবা রাণ্ডাংনা পাংবপু মীনাইনি হায়না চৈশিবা, মীনাইগী শিন্তা পীথীব', দ্রৌপতীগী মকি মুম্নবা রাণ্ডাং লিরৌ শুদুনা খেক খেক নোক্না ঙাংখিবা রাণ্ডাংদো হায়য়ূ—ভীষ্ম দোলায় পুহল্ল, হায়য়ু —সনা ঙ্গুপা খোমগংহল্ল নিংথৌশিংদগী, সহদেব নকুলন্থ কাংকাই চামর ছুমহল্ল, হায়য়ু মূর্খ—যুধিষ্ঠিরবু কাগোক পাইহল্ল, চিরোন ত্তৌ দ্রৌপতীদি মহারাজনা থা নংবা শিল্হাদা! হেক্কা হায়বদা নৱৈ অদো ককে, মতমতুদন্নি ছেনখিদে ধর্ম্মগী খোংবী মরাই ঙ্গুকখিবনা মহুদগী ভক্ষ-চাকনখিবা থম্মোয়গী মৈহু নঙগী ঈনা মুংকে রাশকখি। কর্ণগী ষ্ট খৌরাংলবা নোংশা অজ্জুর্ননা নঙক ফোই-দংক্কে চংলক্লি চোকশিল্ল।

**কর্ণ**— পার্থ! থগুপদবা ঙহাক্তা ঙাইরে; করিদগী কর্ণনা পাণ্ডবপু নান নান্দুনা হাংনিং হাংনিংনা থম্নকপা, চানিং চানিং লেক লেক্তুনা থম্নকপা অচাপোং করিগীদমক্তো মমাংদা লৈনহ্নুনস্থ চানিংবা মীশক্তু ঙাইরিবনি, লেম্নহ্নুনা

হাৎনিংবা মীশক কর্ণনা ঙাইরকলি মীশক্তু ক ানো, মহাবীর, নবুংঙো কৃপাসান।

কৃষ্ণ— মহারথী ! নঙবু' ঐনা ঙসি কাওবদা বীর রথীনি হায়না নঙুণ শৈথারকলি, দানবীর দাতা কর্ণনি হায়বসে ঐস্সু য়ারকল, অদুবু ঙসিদি ঙাইওন্নরবরা হায়না নিংলকলে। লাম্বাগী লাম্বা, নতিক্কী নতিক লাম্বানো। কর্মগী কল্লক থোকলি ইফমদা। নঙ কনানো হায়বা ঐ খঙই, নঙ চাকলেম চাবনি ফিমন খুনবনি, কুক নিংথৌ অ-া নঙবু মমল পীদুনা লৈরম্রবা মীনাইনি। মাবু পেম্নবা হোৎনবদা কশাগী মমল খঙদনা নংনা ঙাওরি। অঙাওবা মঙ্গাওঙুম্বা অকন অকনবা নুঙ উ য়েং-য়েংদুনা নচি ফেংলি, মচি ছঙোক্লি। নঙগী নাপন্না নংবু ঙম্বা পাণ্ডব পার্থদা ইতঙঙনা ঙাংঙ নৈজরনা নঙগী মৃত্যু কৌশিঙরি। (অর্জুনদা) ইঙাং মূর্খসিবু হজিকমক মথরাই লৌ, রাশক ঙাকউ।

(তেন কাপ্পথিবগী মখোল)

(ফ্লাস' বেক)

পরশুরাম-হায়মু নহাক ব্রাহ্মণনা কদাইদগী ঈনো ? কাসে কদাইদগীনে ? ব্রাহ্মণনবু অসুক অথাং করবা।

কর্ণ— গুরুদেব ঐ! ঐ! (নিকপ)

পরশুরাম — নখু ফাওনা ভিল অসিনা পিক্রবী কাওবা. ঈ থোক-
লবা ফাওবদা — বেদ ভমগদবা ব্রাহ্মণন থংউকো উং
ওনগনি উং ওনগনি।

কর্ণ · ঐহাক ক্ষত্রিয়নি, ক্ষত্রিয় মচানি।

পরশুরাম পরশুরামগী ক্ষত্রিয় মচাদা থুংলাই তম্বীরোই শায়বা
রাশক অত্থু নঙনা থুগাইরে নঙ পিংস্বনি, মিনস্বা
ভাংবনি। সে অভিশাপ অসি লৌরো "লুরবা লানকম,
নথরাই মাঙলগদবা মতমদা ঐনা তম্বীখিবা অক্রবা
থুংলাই পুম্নমক কাওগ্রে, কদায় য়েংথঙবা নখুবী অস্ত্র
কন্নূনা গুরু দক্ষিণা পীরম্মু, অহৃগা চংগ্রে"।

( ফ্লাস লোইবা )

শৈল্য — মহারথী নহাক্কী দোলাই থোবা য়াদ্রে! দোলাইগী
চাকা পৃথীনা উমগ্রে।

কর্ণ — ওহ-ওহ মৃত্যু লাক্লবা মৃত্যু।

( ফ্লাস বেক )

ব্রাহ্মণ — নঙনরা পাখণ্ড — ঐগী হোমধেনু কাপথুরিবসে।

কর্ণ — ব্রাহ্মণ! তোল্লবা কর্ণ ঐননি। গুরুদেবা পরশুরামনা
তাকপীরকপা অস্ত্র চাংয়েং শান্নজবনি মিং উইশিন্না।

ব্রাহ্মণ — মতুদা ঐগী হোমধেনু হাংলে অদুদি অভিশাপ অসি
পীরবনি নক্ষমদা "নঙগী নথরাই থান্নমদাই লাকলবদা
নমান্নবা লাম্বা পানবদা নঙগী দোলাইগী চাকা পৃথী
মাতানা ফাখিসনু"।

কর্ণ— দেবা ( কল্পা )

( ফ্লাস লোইবা )

শৈলা— কর্ণবীর। খোৱা য়াম্রে দোলাই

কর্ণ— পার্থ অর্জুন তেন লেপখো ঐগী দোলাইগী চাকা অমুকা মুকশিগে। ( চোংথখিবা )

কৃষ্ণ— ইতাও! তেন লেপকত্‌লু।

( অর্জুন তেন কাপ্পী। কর্ণদা পাল্লি। চৈনা কাওবগী খোঞ্জেল তাই )

( ফ্লাস বেক )

ইন্দ্রবা শাবা ব্রাহ্মণ— দানবীর দাতা কর্ণ। নঙ দান পীনহৈবনি। হান্না র শকখো কোন্না ঐগী অপাম্বহ্ন নিগে।

কর্ণ— সৈতা! সৈতানা খঙসম্ন ব্রাহ্মণ পাম্বীরিবা অদুমক কংচগনি।

ব্রাহ্মণ— পোকপদগী লোইনরকুবা কুণ্ডল চঞ্জবা নঙগী কবচ লোইননা কুণ্ডল চঞ্জবা নকোঙা উল্লিবা কীর্তি অদু পাম্বা পীনরো।

কর্ণ— ( কবচ শেগাইব ) লৌবিয়ো ব্রাহ্মণ! মসিদা কৈজরে কবচ-কীর্তি।

( ফ্লাস লোইবা )

( কর্ণগী চৈনাখোল অমুক তারকপা )

কর্ণ— অর্জুন! তেন লেপখো খুংলাই পাইদবা মীগী মশাদা মতম্মা তেননা থাবা অদু ধর্ম্মরা?

কৃষ্ণ— ( ইশি শিনা নোকপা ) হৌজিক্তা ধর্ম্ম খঙলক্রে কর্ণ। ধর্ম্ম চেনবা নঙনা নত্রা ধর্ম্মগী লিপুন্না মথোং মথুং পুনপ্রবা পাণ্ডবতা মীনোক্তী চৈনাখোল থাদুনা, কামজাও হনবা রাজাং ডাংশ্নুবা, সভা মমাঙদ মফি অনি তঙ্কনবী দ্রৌপদীবু ইকাইবা পীনবা খুজিল শিনখিবা. অদুদদু নত্তনা হন্দকী কুরু লানফম অসিদা ( পিক্রিবা অঙাং অভিমন্যুবু নখোয় রথী ৭না লাংঙোই চন্নুনা মথবাই লৌখিবা ) মতু পুম্নমক নিংশিংলবদি হৌজিক নঙগী নথঙা অর্জ্জুন মথক্তনা তমশিল্লিবা তেন অসিতা নতনা অকনবা চাম চামনা নঙগী তোংশা অদু ফাওনা তেননা চক চক থুংহল নশা অদু শাবো কায়বা শা অদু ওলহনবনা মত্তিক চাবনি। ইতাও অর্জ্জুন মহাক্রুনিনেকে পার্থ ! হুনেত্তোন কুন্তিবু মথবাই থানলব ইনেমগী ভিক্ষা ককহনখিবা।

কর্ণ— দামোদর !

কৃষ্ণ— মহাক্রুনিনেহে চণ্ডাল লিশিং তরেং কৈথেল থাকন্দু-খিন্থনা ইনেমা চেং-হন্নাই খজিতং থুজবা কাওবা খুলহনখিদবা। পার্থ নখুং নিক্রিবদো করিগীনো মুর্খ সিনা ধর্ম্মগী রাজাং ডাংশিনবশিদা-কাপশিন্ন।

কর্ণ— অখৌবা অর্জ্জুন। নহাকী থৌরবা তেনশিং অদু কাম্না হাক্তদি ইয়াম্বদা লেপখোগবা. ইয়াম্বগী দোলাই চাক্লা পৃথিবীনা কাপ্পাকে, ইয়াম্বা অমুক্তা শংখিদ্রে ইবুংগো।

কৃষ্ণ · ইত্তাও মায়া হৈবসে হেন্না মায়া তৌশিল্লক্কদোরে বৈষ্ণবাস্ত্র শংলো অত্নু নত্রবদি হাংপা ঙম্মরোই ·

( অর্জুন্না খুংলাই শংখিবা অমসুং কাপখিবা, পানখিবা )

কর্ণ— ভগবান ! জনার্দ্দন ! ( শিবা )

— — — —

নিপালশুবা মত্তাং

[ কুরুগী লান লোইখ্রে । ভাগীরথীগী চাংদোন ময়াদা কুন্তি মথন্তা কপচরম্মী ]

( কুন্তিগী রাখলদা কর্ণগী খোজেল তাই )

খোজেল—হে ইমা সে নচানা ঙসি ইমাগী নকমদা থরাইগা মান্নরবা ঐগী খুদোঙ্গী অসি চিংনবা লৈত্তনা কক্চরবনি । মতম পুম্বদা মসিবু ইমাগী নকমদা চোকশিন্না থম্মীদুনা নচাবু ইমাগী সেবা তৌজবা শকহনবিয়ু । হে লাইবক খিরবী ! কল্লবা নচা তক্কক লৈনা লৈনা অরাবা শকক য়ারবী, হন্দক্কী কুরুগী লাজাও অসিদা নচা মজানা শোইদনা মঙ্গল ওইরগনি হায়বসি নকমদা কংচরিবা খুদোঙ্গী অসিনা সাক্ষিন ।

কুন্তি - মহূনা লেৎত্রবা সাক্ষি (কপ্পা) লাইবকথিরবী নমা কুন্তিদা মহূনা লেৎত্রবা সাক্ষি ওইরববকো ইমাগী কর্ণ। "ইমাগী কর্ণ সে ননাও অর্জুন হাংননবা তেল অসি আস ইমানা নঙোন্দা পীরবনি। হন্দকী কুরুগী শানফমদা নচিন ননাও লাম্বানবদা জয় পরাজয় য়েংনজো, অহুগুম্বা লানফমদা ননাও অর্জুনবু নঙনা হাংপদা ইমা কপথ্রোই। অর্জুনগী মখুত্তা নঙনা শিবা থোক্লবস্থ ইমা কপথ্রোই। সে ইমাগী নুংশিরবা তেল অসি ইমানা নফমদা হল্লবনি"।

অহগা পি নঙনা করিগী চেম্বরক্লি, অর্জুন শিরগদি ঐগী অর্জুন শিরগদি পি নঙনা থকখিত্রা ?

অর্জুন - ইমা নচা অর্জুন লাকে

যুধিষ্ঠির - ইমা নচা যুধিষ্ঠির।

ভীম— ইমা নচা ভীম। তুঃ নকুল সহদেবা।

কুন্তি - (নোক্লুনা) ইচ' মঙা লাক্লবা ইচা মঙা লাক্লবা যুধিষ্ঠির, ভীম, অর্জুন, নকুল, সহদেব ইংলে থম্মোই ইংলে (নোকচবা) কর্ণ লাক্লি ইমাগী কর্ণ লাক্লি। ইমানা অর্জুন হাংননবা খুংলাই হনখ্রিবহুদি বৈকর্তন।

(খুবাক প্রোক প্রোক খুহনা থোম্থাং য়ৈনা থোক্লেল ১না লাওরকপা—মচাগী ঐ পাম্বী মমা, মচা হাংপী মমা, মচা হাংপী মমা, মচা হাংপী মমা)

কর্ণ অর্জ্জুন, কর্ণ—অর্জুন (চাওদয়বা ভাব) (ওাওথুনা চেনবা) মানি ঐ মচা হাৎপী মমানি, মচাদা মীচং মীখাই নাইবী, মনাক্তা লৈবা পাণ্ডব মঙাগী য়াইফনবগীদমক পোকপদগী মমা মশক থওজরবা মচাহুপী মনাক্তা চৎলগা ইমা লৈ ইমানি চাপ্পা চংশিন্নগা চরম মেত্তুনা হাত্তোকপা ওগী মগা হিওচাবীনি। সংসার অসিদা মাই উৎলরোই, লৈররোই, লৈররোই মৈরি থোক্লা চাকশংলক্লগনি মৈ ওলগনি মৈ। পাণ্ডবকী ইমা কর্ণগী ইমা ঐ ওাওরে মথরাই মাংন্নরগে ভাগীরথীগী ইরোলনুংদা চোংথহনা (চেনগে ভোবা, কৃষ্ণ চেনশিল্লকপা, মনুংদা "পাণ্ডবকী জয়" হায়না লাওবগী খোঞ্জেল ত্তায়)।

কৃষ্ণ— ইনেমত্তোন কদায়দনো? ওসি পাণ্ডবকী জয়ধ্বনিগী খোল্লাওনা মালেম অসি নিল্লে, নোংদোন পকল্লে। অহুগা ইনেমত্তোল্লা নশম ননা ইফা কানা কদাইদা চৎলিবা॥

কুন্তি— মাকম! (কপ্পা)

কৃষ্ণ— কদাই কদাই পিগী ঈরা। অরাবগী মিকপথোল করিনোনে ইনেমত্তোন। মমঙ্গনদা শিন্নবগী খাওপোক মনুংদা পাণ্ডব য়াইফনবগীদমক নহাক্লা ওাংখিবা পুন্নমক কাওরব্বা? (ইচা মচা লাকপকাওবদাদ হিং নিংথে হায়রুনা ভিক্তা চৎলুপা চাবা, কৈথেলগী চেং হরাই শুন্দুলো চাবা, কংক মংওক্তবা হৈক্ত মরুপী জল কাওবা চাহুনা খাণ্ডবিরা হৌজিক পাণ্ডব

লাক্লে অদুগা করিগী নমংঙগী নপি)। লাকলো পাণ্ডবস্ন আশীর্ব্বাদ পীরো নচা মতাবু কোন্নুনা নান-বিরো অহুম্বা করিগী নৈশোক্লি।

কুন্তি— মচা হাংপী মমানা মচা কনাদা কোনবীরগা নানবীবগা মচাশিং অহুনা হাইফংদবা। নানবিরবীবা মমাসি মচা হাংপী মমানি হায়না মচানা খঙলকলবদা মমানা কংদোবা! মমানা কদাইদা! মচানা কদাইদা! মাধব নৈ শিকাগে।

কৃষ্ণ— (হাইকেং নোকলগা) শিকরগে ইনেমতোম, শিকরগে?

কুন্তি— কৌংকম্নু কম্নি নৈনিবা! পাণ্ডবতা মচা হাংপী মমানি করম্বা খঙহনপদবা।

কৃষ্ণ— বর্ণ হাংলে নসিগীবা?

কুন্তি— মানি মপাইক থিরবা কর্ণ অহু মমা কিংচাবী কুন্তি নৈনা চাংখিবনি।

কৃষ্ণ— ইনেমতোম শাধগে তাও, অহুনী ভইরবদি কর্ণগী গোংকম থৌবদি কর্ণ মহাকনা পোক্লি ঐদগীনি। অহুঙম্বা পরশুরাম অহনা কুরু শাগেগী মরুখো ভীষ্মগা মুমিং ংএনি লাম্বা পাখিবনি অম্বা কম্বাগী হাংজা। লাম্বা অহুদা মাইথিগ্রবা পরশুরামনা ক্ষত্রিয় মচাশিংদা খুংলাই হম্নীরম্লোই হাশকখি। নচা বর্ণনা অহুঙম্বা পরশু-রামদা ব্রাহ্মণ মচানি হায়না মীনময়ুনা খুংলাই

ভগবিবদি। অরিব্রম কুলাঙ্ক অহনা নচা কর্ণগী তৌখিবা অভিশাপ অদু ইনেমতোন মহাক খঙবা!

কুন্তি— করি হায়না ইচাদা অভিশাপ পীরবা মাধব।

কৃষ্ণ— অভিশাপ পীখিদনা কর্ণ নঙনা অততাই লাম্বালরকপা ফিবা মতাংদা মথক্তাই চুমদাই লাকলখদা এবা ভগ্নীবা অরু অরুবা বিজা ভগা কাওরো। কাওজন থবা ওইদুনা নচুনা কাপকদবা খুংলাই অমা কাপ-লোইদবা খুংলাই কাপ অদুনা মথক্তাই মাংহল্লু। অসি-গুমা অকাওবাই অসিমক্তা ইনেমতোন মগনা পীখিবা অর্জুন হাৎননবা খুংলাই, কাউদুনা কাম্না ভগবিদবনি কর্ণ।। অদি কনাইদা মচুগা কর্ণ হাৎলিবা। কর্ণ হাৎখিবদি নিয়তিগী খুজিনি, নিয়তিননি।

কুন্তি— ভগবান হে প্রভু! (কপ্পা)

কৃষ্ণ— অদুদুদু হায়বিগে কর্ণগী মরাইকা থিবসে। মহাকনা খুংলাই ওয়াইবনি, তেগ মহুৎ তৌখি মনিং উই-শিনদুনা মহাদা ব্রাহ্মণগী লুনা তৌদুনা থমজবা মগী হোমথেরু হাৎখিবনি। মদুগী অভিশাপ্পা লেমা কিরে ইনেমতোন। অহোঙ্গা কিরে।

কুন্তি— কয়বা অভিশাপ!!

কৃষ্ণ— কর্ণ নাম মাহিরোপবা লানকন, পিতম লৈনব মারবা মতাং মচগী দোলাইগী চাকা পুরী মাতানা কাদুনা

কৃষ্ণ— মনাওদা "নয়াম্বনী" হায়দোকনিংবনা খাংবা হেমথি-রবনিমে ইনেমতোন ! অদুবু করমদি তৌনি ? ইনেম-তোমদি কৃষ্ণ ঐখোন্দা রাকম অসে কনামত্তা হায়দোকপ্পু ঙাম্নবা তাকপিখি--ঐন্দু হায়দোকলোই হায়না রাশকপি। অঙদগাদি মনাওনা ময়াম্বা হাংখেদনা। কৃষ্ণ ঐন্দু অছুম খাঙত্রেদনা চৈনাদো।

কুন্তি— অত্তদি মৈতাম্না রাখৈখে ইচা কর্ণগী। লোৎলম্বী মমা হিংচাবী চোংথোকপা ভারত্রা মপী ওইবীগী ইকাই-থিবগী মুখম মরুমদগী কর্ণ ! ইমাগী কর্ণ ! (কপ্পা)

(যুধিষ্ঠির, অর্জুন, চংলকপা)

যুধিষ্ঠির—ভগবান ! লেংশিন্দ্রি অমপুরদা বিজয়শঙ্খ খোঙী-ছনা পাণ্ডবকী বিজয় পাণ্ডকা শ্রীহস্তমক্তা চিংখৎপিরবো। অন্তপুরদা প্রজা মায়ামগা লোইননা ভীম অমদি সহদেব, নকুলনচিংবনা ড্রাইদুনা লৈরোরে।

কৃষ্ণ— ধর্ম্মরাজ তর্পণ পাঙ্গ ওইবিরেদনা।

যুধিষ্ঠির—ভগবান ওয়মকী তর্পণ কৎপা লোইরকরে। কুরুগী মচিম মনাও চামা, দ্রোনাচার্য্য গুরুগী শ্রেষ্ঠ তর্পণ কৎখরে লোইরে

কুন্তি— লোইরে ধর্ম্ম; তর্পণ কৎপা পুমনোক লোইরে।

যুধিষ্ঠির—লোইরে ইমা ! অক্ষৌহিনি তেজ্ঞোল তরানিপালগী তর্পণ কৎপা পুমনোক লোইরে।

কুন্তি— (ধল্লবা, চরম নিরা) বীররথীশিংগী লুচিংবা মহারথী কর্ণগীস্থ কংব্রেদনা ইমাদা।

যুধিষ্ঠির—কর্ণগী তর্পণ কংখিদে ইমা!

কুন্তি— কর্ণগী কংখিদে!!

যুধিষ্ঠির—কাওখিবা নত্তে। নিংশিং নিংশিংনা কংখিদে ইমা।

কুন্তি— করিগী! নঙ অজাতশত্রু নত্রা? নঙবু ধর্ম্মরাজ হায়নবা নত্রনে ইমাদা?

যুধিষ্ঠির—ইমা কর্ণসে মহাক মশক খণ্ডে। কর্ণ পাণ্ডবশিংগী যেক্কবশিংগী মন্নুংদা তমথীনা য়েরবনি। নাপল চাওবনি। রাঙাং কামজাও হুনবনি। পাণ্ডবকী পুন্সিদা অরাবা থেংখাং থেংখাং নওলিবসি কর্ণ মাগী খুজিন্নি।

অর্জ্জুন—ইমা! করিনো ইমা ওকপ্রবা রাকমনি অসে। ওসিগী তাইবংদা নাপল চাওরবা দুর্য্যোধনগী নাপল পাণ্ডবনা নৈখা তাখিবা মীনাই ওইনা পুন্সি লেনখিবা পুংমক্ল কর্ণ মাগী থৌইনশিন্নি। দুর্য্যোধনা মুত মচা অহুবু অর্জ্জুন ঐগী ইমাংদা তৌগে হায়বা মতাঙুম ঐগা লাম্বা পাবা য়ানবা কর্ণদা অঙ্গদেশ কম্বাল খিন্দোকপা হরাও মথোই কাখিবা জয়ধ্বনি লাওখিবা নত্রা? কর্ণ কংজবদা খেক খেক নোক্ল্না কুরুগী মচা চামনা পাণ্ডবতা খুতুম শিংখিবা খুত্তুম অস্ত্র কনানা শিংহনবনে, কত্রবা কর্ণ মাননি। মাগী তর্পণ করিগী কংফম থোকপগে?

কুন্তি - ধর্ম্ম নহাক কর্ণগা লান্থা পাখিবা কুরুগী লানথুংদা ?

যুধিষ্ঠির - পাখি ইমা ! ইহং নাইহং শাকনখি ঐবু মাগী তেংগা চৈথানা। চৈনা অরুদগী কেন্না মহাক্কী করেম্বা বাজাং ইশম পাইজুনা চিংশিল্লগা ড়াংখিবা মথাংদগী থাং শংলগা ড়াংখিবা...... ....

কুন্তি - কর্ণ কায়রিং, করি হায়রম্মী ?

যুধিষ্ঠির - কনাংদগীনে, খংদে চক্রা ন নাংেক করুম্বা হেন্না

ঋবনি- "নথক্কী অকংগা লাম্বা পাগনু, চংলো লানশংদা পোথাজরুরো " ইমা ইকাইখেদা।

কুন্তি- নশাক কর্ণগী মাইথোংদি উহৌরা ধর্ম্ম ? মশিং ড়াংখিব্রা? মথা চিকখিব্রা ?

যুধিষ্ঠির - ভুক্তচবনা মাগী মাইথোং য়েংহৌদে ইমা

কুন্তি — নঙনা য়েংলম্বদি কর্ণগী মাইথোং অমু, মাগী মমিং অনি অরুদা পিগী হৈরা চেন্থবদো উরমগদৌবনি।

অর্জুন - করিনোনে হায়রিবসিবো ইমা ? মহাক্না লাওরম্মী "অর্জুন মতুংদ নঙ নিংউম্বকলোইকো পার্থ। ইয়াম্বগী অর্জুন নঙ খঙনকখিগনিকো" অসি করিনো ইমা। ইমাগী মিতগী পিগী হৈরা মতুগা অর্থ করিনো ইমা ? কর্ণ কনানো ? অর্জুন কনানো ? (ভু চুংই, খম্মোই নিক্কই। হায়রো ইমা কাংলো মঙগী পাওখোং।

কৃষ্ণ - ইনেমতোন লোংলগনু, মৈতাম্না রাথৈনবা কর্ণ কনানো ক্ষোংদোকো।

যুধিষ্ঠির - হায়রোগবা অপোকপী কর্ণ কনানো ?  রাধনগী চাওরবা ইরাংদা, নুংশি ঙৈতবা স্বরগী মৈরক্না কর্ণনা মোমোন নোক্না লেপ্লবগুম উরে  প্রতি মুর্ত্তি অসিগী মৎস্নেংদা বল্লক কঞাওবগী মমি শামখিদুনা ঙসি পাণ্ডবতা থোক্কালগী মিৎয়েং অমনা য়েংলকপগুম উরে। হায়রো ইমা কর্ণ কনানো ?

কুন্তি — ( কৃষ্ণদা ) মাধব ! ইনেম্বু কৰি ওইরসিগে।

কৃষ্ণ - ইনেমতোন ! য়ারে য়ারে হায়দোক্নো।

কুন্তি -- ( চরম কুপ্পা, কপ্পা ) কর্ণসে নয়াম্বনি, ইমাগী গর্ভদগী পোকচব —

যুধিষ্ঠির — করম্না ইমা ?

অর্জুন -- কর্ণবু ইয়াম্বা !!

কুন্তি - ইমাগী ইবুংঙো যুধিষ্ঠির ! অকুপ্পুস্বা মহারথী কর্ণ অদো ইমানা পোকচবা নয়াম্বা অহল্লিনে। ইমানা মাবু য়োকচবা কংশিল্লবা মরাইবক থিরবা ইচানি। মহাক্না অশানবদা নখোয়বু মনাওনি খঙখিদবনা নখোয়গী মাঙনবগী মশক ওইরবা থবকশিংসি তৌখি বনি, অওইবমক্তি মতুম্মু মহাক্না তৌগে হায়না তৌখিবা নত্তে, পাপী দুর্য্যোধনগী মচেং চাক্লবনা তৌখিবা থবক্নি। ইমানা হায়রিবসিগী অনুমান্দি হন্দকী লানফমদা কর্ণনা নখোয়গী নকমদা করম্বা লমচৎ চৎখিবগে হায়বদু নিংশিংহনা য়েংঙু।

অর্জ্জুন — অহৌদি ইমা নঙদি নচা হাৎপা ঙম্মীনি ; নঙগী থম্মোই অহৌদি নুংনি. হন্দক ওইথ্রিবা অচৌবা লানফম অসিদু নঙনা থোকহনবনি। পুম্নমক তোক্লো। মহারথী অংবু করম্না ঐখোয়গী ইয়াম্বা ওইথ্রিবা অমুক্তা তাকপীয়ু।

কুন্তি— নবুধৌ কুন্তভোজগীদা অবিবাহিতা কন্যা ওইরিঙৈ দুর্ব্বাশা মুনিগী সেবা তৌজখি। মুনিদেবনা পেনবিরমুনা আকর্ষণ মন্ত্র তম্বিরম্মী, মন্ত্রদুগী চাংয়েংদা মঙাল চাওরবা কৌথক্লবনি। কোরৌহনবনা পুত্রদান ইমাদা পিবিখি। করি ওইনি ইমানা. লুহোংজদ্রিবী ঐনি, কপচরে মগোঙ কোন্দুনা হায়জরে, হায়জমলগী মিকুপ তরানা থাবুম তরা শক্তুনা ফংজখিবা নয়াম্বনে কর্ণসে, ইমানা করম্না য়োক্কনি, করম্না কোনগনি লুহোংদ্রিবা নমানি রানা খাংঙমদনা কোরৌচফুদা হাপ্তুনা অশ্বনদীদা ইন্থখিবনি ইমানা। নয়াম্বদো স্থুত অধিরথনা য়োকখিবা অথৌবা অদুনা নিংথেম কাংজৈবুদা অস্ত্র পরিক্ষাদা নঙগা লানশিংনরিবা অহনি।

অর্জুন— মতাং অদুদা ইমা নঙদি করিগী চোংথোক্তে, করিগী তাক্তে, করিগী থামদে ইমা।

কুন্তি— থামখিদে তাকখিদে : নুপী ওইবিগী ইকাইখিবনা ইচিন অসি মেনখি, চরম অসি মেথংখি। পিদ চেম্থখি, রাম্বাখ ঈশিং চাইহনা লাক্লখি।

যুধিষ্ঠির—মরাইবক খিরবা ইয়াম্বা অহংদি মমা মশক শকচদনা মপুন্সি শোমগ্রেদনকো, তাকপিংখিগ্রেদনা।

কুন্তি— তাকপ্রে, তাকখ্রে।

যুধিষ্ঠির, অর্জ্জুন — তাকখ্রে ইম ! করম্না কদাইদা !!

কুন্তি— কুণ্গী লানবুং কারমদাই, ভগবান কৃষ্ণগী থৌজাম্না নয়াম্বহু মমা ঐগা শকখঙনপ্রে। নমানা হিংচাবী ওল্লদুনা নখোয় মঙাগী লানঙম ফিরান পাইননবা মতাক্তা লুনা থমজরবা তেল মঙা নিখোকলুই। দানবীর অহুনা নমা ঐঙোন্দা অহম্মক পিথোরকই। (কপ্পা)

অর্জ্জুন—খু'লাই মঙা অহু নিখোকপিরুরবা !

কুন্তি— হে পার্থ ! নঙ বারৌগনু শাওগনু। নঙবু হাৎননবা মতুম্বর অহংদি হনবীরম্বনি ইমানা।

অর্জ্জুন— হনবিরম্বা, অঃমক্তদা কাপখিদবা। অহংগা হায়রম্বা "অথৌবা অর্জ্জুন নঙগী থৌরবা তেলশিং অহু কাপ্পা ঙহাক্তদি ইয়াম্বদা লেপখোবা ইয়াম্বগী দোলাই চাক পৃথিনা কাগ্রমাল্লে, ইয়াম্বা অমুক্তা শৎখিগে ইবুংঙো।"

কুন্তি— অহংদম্বু নত্তেদো ইমানা মাগী মফমদা নিখোকলুবা পাণ্ডবকী মঙ্গলগীদমক মহাকী মপাঙ্গল লৌখোকলুই। য়েংঙু, নয়াম্বগী খুদোম্বী ইমানা কন্তুনা লৌহৌবিরসে (খুদোম্বী উৎপা)

যুধিষ্ঠির,—ইমা করিনো (মথোংদা তুশল্লি) নহাক হিংচাবী ওনগ্রবা।

অর্জ্জুন— য়াম্বুং, মহারথী কর্ণ !

অর্জুন – ইমা হে অকনবা পোকপী। মহারথী কর্ণবু নচা ওইনা কংজবদি মপোক কয়ারক্কী পুক্ষননি। অদুবু অপোকপী নঙগী কর্ম্মগী মহৈনা মানোক চাওরবা সমাজগী মমাংদা হরাওনা ঃতম্বাক্কা পমজব ফংখিদ্রেকো অদুগুম্বা মঙাল চাওরবা অকনবত্থবু নহুনা, নঙগী থম্মোই কাচিন্দা চেৎনা লোত্তুনা থমখিবনা ঙসি অর্জ্জুন্না ময়াম্ব হাৎলুবগী পাপকা লোয়নরবা নিংঙমদবা মৈচাক অসিগী মৈরক্তা পুন্সি অসিমা চাক্কুন লৈবা তাখে দকো ইমা।

কৃষ্ণ – ইতাও অদুম্বা করিগী ইনেমতোম্দা হায়বগে। পুম্নমক নোংদম্বগা খুজিন্নি। অধুগী শককপুদি চৎসি অথৌবগী প্রেত তর্পন কৎলুসি। মহুনা পুম্নমক্কী দোষ কোক্লনি।

যুধিষ্ঠির – ইমা নুপীগী থম্মোইদি লৈগুম্না খোংলি থোক্জাল হৈ হায়নৈ অদুবু অথাঙ কনবদদি নুঙগুমই। ইমা নহাক্কী খজিকং শোইখিবা খোংফমদা কয়াদা পাক চাওপ্রবা লৈক্লক্লো? লৈক্লক অদুদা মচা ওইবা ঐখোয়গী মান মর্য্যাদ, পাপ পুন্য পুম্নমক হৈথদ্রে, মচিন মনাও কল্লবা থাং হাইগৎনহনদ্রে। মনাওনা ময়াম্বা হাৎ তোকদ্রে। অদুনা অভিসাপ অসে ইমা অমদি সংসারগী নুপী ওইবীশিংগী মকমদা কৎলবনি "নুপী ওইবীশিংগী থম্মোইদা অচেৎপা অরুবা ৱাফম অমত্তা থম্বা ওমদ্রসনু।"

লোইরবা